# লৈম-নামোইখাম্বি



শিন্দোকচবা :—

এম: কে: শমচেৎশাবা B. A. ( বি: এ: )

# লৈম-নামোইখাম্বি

শিন্দোকচবা :—

এম: কে: শমচেংশোবা B. A. (বি: এ)

# লৈরাংজবা

—(০)—

ৱাকৈয় হিয়ান হৈতবনা
খুমু নৌশৌ শোনবগী
লৈরাই খনফং ওমদনা
তোংজেং হিউপ্লদুনা
লাইজ তম্লেন ইনুংহক্ত
ইমু খায়োম্নবগুম,
পুন্সি ঈপাক চাওথোই'দা
তাইবং মীপোক নমদ-হুন,
ঙামচেং মৈরা মুঙ্গ্রবা
পম্লৌ কালা ইপাগী
ঙাংলৌ থম্বাল লৈখোংদা
লৈম-নামোইখাম্বিবু
লৈরাং য়োম্লথোম্লজরি ।
পাম্নমা খোয়্নৈননা
শিংঙেন লৈচিন তম্বিয়ু ।।

এস, কে, শমচেংশাবা
বি, এ

# ৱামাং-য়াল্পা



"লৈম-নামোইথাম্বি" মৈত্রবাক্কি অরিবা মৈতৈ "লোয়ম্নিন" (সাহিত্য) লৈকোন্দা লৈরাং লৈরক ত্তিন্‌বা য়াগনি। ৱারিগী ঈচেন্দা মীওইবা পুন্সিগী লেঙদ্রবা মঙান ১ তশেংন উৎভুনা জাতিগী ফিরেপ মপুঙফানা ফোংদোকই। ৱারি অশি মৈহৌরোনগী ওইবা (ঐতিহাসিক)" পাওশা"( উপন্যাস ) অমনি। খৌথোক্কি খৃঃ শতাব্দি ৪ শুবদা থুমন্‌ নিংথৌ আতোন পুন্সিবগী মতমদা থোকখিবনি। হৈরেম থুঞ্জানগী অথৌবা "কাংবিশু"না থুমন্দা ওৎপ নৈবগীদমক থুমম্না লম্মনশিংগে হোৎনরুবদা থোকখিবনি। ৱারিগী ঈচেন্দ মুংঙোন-ঈথক (করুণ-রস) না "মপুঙ" (অঙ্গি) ওইদুনা তেংবাংবা (অঙ্গ) "ঈথব" (রস) কয়ানা মপুঙবু মপাঙ্গল ফংহন্দুনা অপাবা অমসুং অতাববু মুঙাইবগী (আনন্দ) গী ঈপাক্ত লুপহল্লি।

ৱারিগী মরু ওইবা শক্তম ওইরিবা "শাবি-শানৌ" (নায়ক-নায়িকা) অনিগী ৱাখল, পুন্সিগী ঢৌ গরিং তোঙাল্লি। শাবিগী শক্তম্না তাইবংপানগী মিৎ থকহল্লিবা লনগৈ-থুমগৈ অমদি অপাম-মুংশি হায়বশি আরেম্বনি মশিদি মীওইবগী তাহনি, ভৌশিন্নবনি। মশিনা মীওইপোক্ত মহৈ য়াল্লোই। পুন্সিগী লেঙদবা লম্দি 'মিংচৎ' নি হায়না ফোংদোক্লুনা পাথৌ ( পুরুষার্থ ) উৎনবা লাক্লি। অশিগী ওন্নবদা শানৌনা অপাম-মুংশি লিপুন্দ পানবা তাইবংপান্না অথৌইবা ওইনা থন্দুনা মপুরোইববু মুংশি লিপুম্ন চেৎনা পুনশিন্নবা হোৎনৈ। অদুবু তাইবং পানবা মপোক্তি নোংদম্নগী কৈশুমদগী লৈম্নি অমফাওবা কাম্থোকফদবনা অনিমক্কি অপাম্ন মরাইবরু তুংওইনখিদুনা পুন্সি-পুঙবা কায়না থাম্বি মৈথক্তা

পুন্সি চাংয়েং তৌবা তাখি। অশুম্ব লাইশক থীরবি লৈমনা মপুরোইহুগী লম্মনবু শিংবিনবা নিংথৌদ হঙ্গচরুবদা মাবিরক্তনা থম্মোই থুদুম শুনা কপ্প-কপ্প হল্লকখি। মাংমথংদা মনাও নিপা "শিকোং লানহাবা" থেংনত্নুা লম্মন থুপ্পা ওমজখি।

অশুম্ব মুংঙোন-ইথক্কা মপুও ওইনা পুখৎলিবা ব্রাশ্নিশিদা থোইদোক্ক মুংঙাইবগী ইথক (রস) পীবদা মরু (প্রধান) ওইরিবদি 'ব্রাহেগী লৈতেং' (শব্দালংকার) নি। "ব্রাক্‌মবা" (কবি) না মশাগী "নোংদম-থোন" (প্রতিভা=নোংদম্বনা পীরকপা খোম্থাংনা ফোংদোকপা ওম্বা) না পুক্সিংগী "থাওরোন" (কল্‌পনা=পুক্সিংদ ফাওরকপা নুংশিব শক্তী ব্রাহে) থাদনা শক্তোক্লকপ শৈথাদা মথংলেন কান্নুা মৈচাক্ক থম্মোই মৈবা হৌরবী লৈমনা কায়নবগী পনথুংদা পিরাংনা ব্রাখৈরববু নিঙব থুংলবা মন ওগী মখুত্তা য়েক্লবগী মকোক পায়রকপত্নু উরুবদা তাক্লখিবা অমেংবা খোম্থাংগী নৌরবা ব্রাহেশিংনা অঙকপা "ব্রাহে লৈতেংগী" কুংম্মনা অপাবা ১সুং অতাবশিংগী থম্মোইবু নুংঙাইহল্লি। ব্রাফমশিংশিবু মখাগী ব্রাহেশিংশিনা হিকথোংঙি:- "শানৌ শিকোং লানহাপা, শম্ম গুত্তা পায়পা অতুপু শংলৌলা, য়েনপুনদা খুত্তোপলা, ঙাইলল্লা" হায়না শৈথাদনা পোৎ অমবু মশক তাক্লবা ব্রাহেবু তোঙান-তোঙান হায়তনা তাবদা নুংঙাইহল্লি।

অতুগা শিজিন্নরিবা লোন্দা ব্রাম্ম লুবামক নত্রবশু খঙবদা লাম্লদে। অক্রোম্না লোনগী ব্রাহে ১/২ শু মোংবা উই। মাশিগী থোইনশিনদি মতমদুগী বাঙ্গলা সাহিত্যগী মপাঙ্গম্না মপুং ফাবা মতমদা ইখিবনা শরু থোংজিল্লম্বগী ব্রানি।

অমনা লাইহিরিক অশিবু মৈতৈ ময়েক্লগী বাঙ্গলা ময়েক্তা ওস্থোক্লকপদা চৈতপ (বানান) কি মওং য়াম্ম কায়হল্লে। লোন অশিগী থোস্থোক চানদবা ময়েক্কি চৈতপ ওইবনা শিজিন্নফম খঙদবা ওইনা উরে (অক্রম-অয়াংদা)। থুদম: "অ:ভান ইমপুল শেনতা" হায়বা ব্রাহে চবুন

অসিগী ৱাপা পীবদা লায়দে। ৱাহৈশিমক্কী চান্নবা চৈতপ বাঙ্গলা মঃয়ক্তা ফংদবনা। মতাং অশিগীদমক্ত মমাংঙৈগী অহল-লম্মনশিংনা "খর্বোন" হায়বা লাইরিক অমা "খোন্থা" ( Tone ) চুম্ন হায়দোক-নবগীদমক্তা তম্নি। মশিদা লোনশিংগী খোন্থা অহুম লৈ হায়বা খঙহল্লি। অশুম্না বাঙ্গলা ময়েক্কী চৈতপ্না খোন্থা চাম্নরক্কবদা লোনশিংগী ময়েক্কি চৈতপতু থরায় সুঙাইতনা নিংশিংহল্লি। অমদি সরকারনা লেপখিবা বানান কাংলোন ইনবদা পেল্লক্কে। অমসুং চান্নদবা বানান য়াওরিবশিংগীদমক্তা পাবিরিবশিংনা অরিবা লোম্নি খনবিগনি।

অদুগা হৈগৌনরিবা অমনা লোস্থোক্কবনা শৈশক্কে হোংনবগুম মতমগী ইচেম্না তাওথোকখিদ্রুনা খঙবগী ৱাংমদা লৈখ্রবা অরিবা ইমালোনবু অনৌবা মীয়ামগী চংনবি লোন্দ ৱাপা ( অর্থ ) পীনবা হোংনবা অশিনি। পুম্নাগী থুংই হায়বশিমক্তবু ৱাহৈগী পোত্থাফম ( বিরামচিনহ ) নত্রগা "খোন্থোক" ( Syllable ) থাম্নরা ইবদা কম্না চেকশিন্দবশিনা ৱাহৈগী ৱাপা পীবদা থোইনা লুশিনহল্লি। অকবা থৌওংশিবু তৌরিবা শাবশিদি অহল-লম্মনশিংনদি নোক্নিংবা ৱানি। অদুবু অরিব যুগকি পোৎচাক্র অনৌব লৈতেংগী পোৎলম ওইবগুম খরদংদ ওইরবশু মীয়াম্ন পাবিরবদি নোমজমম্নি নিংজগনি। অদুগা লাইরিক অশিবু ফোংভবদা শেনগী মতেং পাংবিরকপা Art & Culture গী Department পু শিংঙমদ্রবা লম্মন তোনশিঞ্জরে।

অঃরাইবদা পাবিরিবশিংনা অশোয়-অভাম য়াওবা থেংনবিরবশু খঙহনবিরক্কবদি অরিবা মৈতৈ লোয়য়িনবু সুংশিখিবনি খঞ্জগনি, লোয়নন মথংগী শুংনবদা চুগাঃথাক্রনা হোংনজগনি।

শিন্দোনচবা

# ৱাহৈ খরদং

ঐখোয় অল্লাম্বনা এন. খেলচন্দ্র সিংহনা পুথোক্লকপা "চায়নরোল" প'বদগী হৈরেম থুঙ্গানগী কাংবীশু অমস্তুং থুমনগী চাখা মোইরেম্বা অনিগী তা চায়নবা, মতুদা হায়রিবা থুমন চাখা মোইরেম্বগী তানা হৈরেম্‌ কাংবীশুদা মাগী "শম মথুংদোনবু খিজিক খেৎনা তিনমেন লৈদা তেনপাল্লবদা" অকোনবগীসিনা, থোক্লিবা ঈ অদুদি "পুনবী কাপ্পুং-ম্নাইচানা ইমু তোংগটংবগীবু তৌবনে" হায়না মীনম্বা, অমুক মানা তা লংলক্তুনা থুমন চাখা মোইরেম্বগী 'থনুংথীৎ, উনবী চক্ষম্‌ লেং, শোয়রেন্‌ ফুম্নী নম ঙাননা লুতুবা" থুমন অথৌবগী মঙক ককখিবা, ওইদবা, নত্তবা হায়রম্বগী হৈরেম কংবীশুনা লাইরোং খঙদনা নাখিবা, চাখা মোইরেম্বগী তাসোয় মোইরাং নিঙোল লৈমা নামুনথাম্বীনা ৱাজব', মপুরোইবগী লমন্‌ পুশ্নীনবা থুমন্‌ কনা লৈজত্রবদা, মপুরোইবগী পোক্‌চিল্লরম্বা নোংয়ায় শি.থাং নিংথৌবা থেংনদুনা হৈরেম কাংবীশুগী লুরক্‌ থৌনাও লেম্না পুরকপগী ৱারি পানরে। হন্দক এম, কে, শম.চংশ বনা পুথোরক্লিবা "লৈম-নামোইখাম্বি" মথক্ত পনখ্রিবা ৱারী অদ্‌ থরা হেম্না চাঙ্‌থক্লা ইথোকপনি অমস্তুং ৱাহৌরবী থুমন অথৌবগী তাসোয়গী মঙক হেম্না ময়েক শেংনা উৎনবা হোৎনবনি। ৱারী অনিসি পারগা, লোন অমস্তুং থৌদোকশিংগী মায়কৈদগী তোঙান-তোঙান্না অইবদগীনি হায়বা খঙবা ঙমই। লোম মেংলুরগা "চয়নরোল"দা য়াওরিবা ৱারী, থরা ঙনবা মতমদা ইখিবনি হায়বা খঙবা ঙমই। অদুগা অকোনবগীশিদি অইবগী মতম হৈশনাম পুরুংনানা থাবাকুম হায়না পীরম্বা মরম্না লাইরিক অসি শকান্দ ১৭৬৩ হায়বদি খৃষ্টাব্দ ১৮৪১ চন্দ্রকির্ত্তিনা ( নিংথেমপিশক ) হাম্না পানবা মতমদা ইখিবনি। অইবগী মিংশু নাওরিয়া শাম

হায়নাপীরি। অইবগী মিং অমমুং "উচা কুরু" হায়বা ব্রাহ্রে শিজিন্নবা উবদা অতম অতুগী মনিপুরীশিংগী পুন্সিদা হিন্দু লাইনীং অমস্তুং মতুগা শাগোম্নবা ভারতকী অতৈ লোনশিংগী চৈথেং য়াম্না চঙলে হায়বা খঙবা ঙমই।

ব্রারীগী থোখোক্সী মপুংদা অকোনবগীসিদা য়াওরিবা হৈরেম অথৌবনা খুমনগী অথৌবব নহা ওইরি, মযুম পাঞ্জবা কুইদ্রি অমসুং মপা নত্তে হায়না খামজিনবা, নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা হৈরেমগী শাইজিন্দা লুমহুনা লোম্না পাউ তাবদা মন্নাম্নগী মঙকপু থাউযে মখোঙ ওইনসি হায়বা তাব্রদা মহাক্কী অশাওবা অমুক লেনগৎহনবা, মানা অমম্বা অহীংদা অবাংবা নাপীনা মী শাহুনা হৈরেমগী অতোপ্পা অথৌবা খোংঙা খোঙতেকচাব হাৎখিবা অশাবশিংদা পুক্নীং মুংশিনা অমদি নংঙাইনা খোকহল্লি। অহানবগী "চায়নরোল" দা য়াওরিবা ব্রারীগীসু ফজবা মতাং য়াওদবা নত্তে। অরোইবদা, থুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা লৈমা নামোইথাম্বি অমসুং মনাউ মুপা (তুংদা, নোংয়ায়শিকোং লানহাপা) অনী থুংনহনবগী মওং অসি মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা থেংনৈ।

এম: কে: শমচেৎশাবনা ইনৌ-নৌনা লাইব্রিক অসি থিদুনা পুথোরক্পদা গ্রৈনা থাগত্নবা ঙমদে। হায়না ইমায়চোম্না লৈরবা অরিবা মনিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ইনোং অমা হাপ্লক্পনি। অমুকসু মহাক্না অরিবা ব্রাহ্রেশিংগী ব্রাহন পীরিবসি অরিবা লোন থুৎলোয়-দবশিংদা য়াম্না মতেং ওইগনি হায়বা থাজে। অদুব মাগী ব্রামাং য়ানবদা সংস্কৃত, বাঙলাগী ব্রাহ্রে থরা মনিপুরীদা হন্নবা হোৎনরিবসি মতাং চাদে। শমচেৎশাবনা অতোপ্পা অরিবা লাইরিক কয়া মাগী ব্রাহনগা লোয়ননা পুথোরক্ননি হায়বসি গ্রৈনা থাজে অমসুং মন্নামসু মঙোন্দা মতেং পীবিক্কম থোকই।

ইম্ফাল, প্রো: চোংথাম মনিহার

ফেব্রুয়ারী ২২ ১৯৯৩। দিপার্তমেন্ত ওফ মনিপুরী, এম: ইউ:

শ্রী এম: কে: শমচেংশাবনা সম্পাদন্ তৌবা "লৈম-নামোইথাম্বি" কৌবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজরে। লাইরিক্ অসি হৈস্রাম পূর্ননা চৈথ.বা কুমদা নাউরিয়া শাম্না ইবনি হায়না ইরি। হৈস্রাম পূর্ননা চৈথাবদি শকাব্দ ১৭৬৩ হায়বদি খৃস্টাব্দ ১৮৪১ দনি। লাইরিক অসিগী লেন্দা অসি য়াম্না লুবমক্ নত্রবস্থু খৃস্টগী ১৯ শুবা শতাব্দীদা ইখিবনি হায়বসি মশানা তারে। ১৮ শুবা শতব্দীদগী ইগরকপা লাইরিকশিংদি অয়াম্না শক্ থাবান মুমিৎ ইবা থেংনে। লাইরিক অসি শ্রী এম: কে: শমচেংশাবনা মৈতৈ ময়েকতগী ইথোক্লগা অরিবা লোন্দা, অতুদগী হৌজিক চংনরিবা লোন্দা হন্দোক্লনা ইবিরি। পিক্রবস্থু লাইরিক অসিনা মনিপুরী সাহিত্যাদা অরাংপা থরদি লোনশৎশিরে হায়না লৌজে। মসি সাহিত্য প্রেমিশিংদা য়াম্না কন্নগনি নীংজে।

ইম্ফাল,
তাং ১-৩ ৯৩ ইং।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী
উরিপোক, নিংথৌখোংজম লৈকাই।

# অমতংগা

অতোপ্পা লোনগী ব'হৈশিংবু ঐখোয়গী অরিবা লোন্দা ব্রাপা পীনবা হোৎনবশিদি অনুবাদক্কি অশোনবা উৎপা ওইফম থোক্লবনি। অদুবু ১৮ শুবা ইং 'কুমজা'=কুম+চা (শতাব্দী=শত=চা, অব্দ=কুম) দা কবি অঙোম গোপি অমদি ব'হেংবম মাধবরামখোয়না পুথোক্লম্বা অনুবাদ সাহিত্য (মহাভারত, রামায়ন অমদি উপনিষদনচিংবদগী হন্দোকপা) শিংদা শিজিন্নখিবা ফাদোকত্রবা ব্রাহৈগী চপ্‌ চাবা ব্রাপাশিংদু কুপ্ন য়েংশিনবদা ফনা কায়গনি।

অদুগা লোন অশিবু মমুত্তানা থঙ-হৈরবা ওঝাশিং (প্রোঃ চোংথাম অনিহার, Department of Manipuri, M. U. অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী) দা অশোয় অঙাম য়েংবিনবা হায়জরুবদা কুপ্পা য়েংশিনবিদুনা মমল য়াম্লবা ব্রারোন অমমমদং পিবিবগীদমক্তা ঙমখৈ নৈতনা ইকাইখুম্নজরি। অদুগা লাইরিক অশিবু নম্বদা অৱাবা থৌদাং য়াবিদুনা অথুবা মতমদা পীবিবগীদমক বি আর প্রেস, থৌবালগী থোঙরোয়শিংবু তৌবিমল থঙবা উচ্চরি।

শিন্দোকচবা

# লৈম-নাম্নোইখাম্বি

ইম্নাহে লিকলাই-ওঁ ইপুঙথৌ নোংথৌরেন পুম্বাপা-ও ॥ মাহাননোং খুমনতানাতাপা অতোন শংপায়রবা মোংয়ায় অংতোন-লৈমাপা খুমন পুন্সি যুম্নোইপাম্বী শানলমাঙে কংলা তোংলৈ মাঙতা নোংয়ায় শিকোং লানথাপাতি নিং:থৌ শায়েং মাহান-ওই আথৌলিচা হেপ, পানপা কৈচেং লাংকুমপানা রেক্লা আচিন্থেক, তিংখং খোঙয়ু হানতামা খুমন লাংকোন ঙাম্নপাপু নোংয়ায় শিকোং লাম্বাপাতি অমন খমলৈ কুম্লাপাকি অংতোন লৈমাপাতি পায়মা ইরৈচন-এ হ'য়তাপায়া ॥ অতোন চানাতাপা লাকথা মনিম্নাই, খাথা মায়াঙহৌ, কংলা কামশাং থম্না মাকাপা পুয়া মাতি পায়মা ইরৈচন্ তাঙচা মাকলুক্লা আয়ালৈথ তামলাপতা অংতোন্ লৈমাপানা — "তায়িম নোংয়ায় শিকোং লাম্বাপা-ও মঙপু লৈয়াকিতি য়েক্লা কনানা নোংয়ায় ইয়ক্ চঙ, হুইথৌ ইমম্না হেপ্ কনামা পম্বেং ঙমতাপামে। তায়িম নাইসুংচঙ নোংয়ায় শিকোং লাম্বাপা নঙপু লৈত্রপাকি হেরেম কাংপিশু আথৌপা খুনচান লংকেৎপানা নোংয়ায় শিঙচা য়াইংকোয়কাতা, অতোন্ য়েন্লাঙ থৌচৎকাতামা লৌহোন চায়চি খুতাকয়ায়কুম লৈয়াং চেন্বায়না 'কয়াঙ চঙনা রায়পা তুকুমপাপু নোংয়ায় শিঙচা বাইংকোয় কাতরে" হায়না তক্লৌশিন্তং শোন, চিন্পাম যোইকাই চিক্লা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অতোন লৈমাপানা মরাম কংলা খৌকায়কাপাতা কাঙমেনবি—এ ॥ ৬ ॥

---

লিক্লাই= নিংথৌদা কৌবা মিংলৌ, ইপুংথৌ= অ:থাইবা ইবুংঙো, নোংথৌরেন পুম্বাপা-ও= শোরারেনগুম্বা মপুও। খুমনতানাতাপা= খুমনখঙনা লৈবা মফম। অতোন্= খুমন। শাংপায়রতা – কুইনা

পাল্লকবা মফমদা। তোংলৈল্লাওতা= ফম্বান কাবা মফমদা। শায়েং মতান, ওই =খুৎনাম্ম ওই। অথৌলিচাহেপ= থৌনাফনা। পানপা= কৈ। আমনখনলৈ কুমপা= শিখিবা। লৈমাপা=নিংথৌ, লৈপাক্ষী মপু। পায়মা= রাখল। ইরৈচন-এ= ফুঙ্গংনারে। লাকথা-খনিননাই= লাইকম কৌবা ফমলী অকনবাশিং। খাথা মারাঙহৌ= খাকম কৌবা ফমলী অথৌবশিং। (খাংলোন= তারোনগী লান্নচনব হৈবা অথৌবশিং)। তাওচা= কোক। আরালৈখেতামল্লাপাকি= রারবলী। তায়িম=ইনাই। ছুইথৌ ইমল্লাহেপ=অথৌবশিংমা যুম্নজা চঙলকপা। নাইদুংচঙ= মুংশিথোইবা। লমকেৎপা=শাখিবা, ওকচাওথেকপা উশিগুবা। শিঙচা রাইকোয়ফাতা= শিঙচনবা য়াইল্দবা। য়েনলাঙ খৌচৎফাতা= থবক শুবা য়াহুন্দবা। লৌহোন চাল্লিচি খুতাক রায়কুম=লৌহোন খুদাপ ফোল্লবাগুম। য়েম্নাওচঙনা রাল্লপা তুকুম= (থুম্নখরঙনচিংকনা) য়েম্নাও অহিংবা ফাবগুম। তকলৌশিতংশোন= তকশি শোনবা॥ ১॥

---

"নোংয়ান্ন খাথা, থনপা আতোম, লাইচা মারাঙ হৌপা, তমপা মীখনখায়, ফৈল্লা তান চাওপা, শামু লেংকমপা মোইরায় কংলা নোংলৈয়াওতা, থৌপান উফোঙ ফেন লাংমৈতা, তেলা কাংলেংমৈতা য়াকাপাতা "মোংয়ান্ন নওথোয়পু চুপ পুথাই," আতেন জাইপু লালিবা কংলা ফমি শাং থম্না য়াকিপি মওথোয়পু রাল্লিখ হৈয়েখ কাংলিবী আথৌপামা নোংল্লাই ইংখোয়পু শিঙচা রাইকে রুফাতা, আতোন য়েন লাঙ খৌচৎকাতারে॥ মোংয়ান্নি ঙ্রপু তাংলজ্জ, আতোম মীন্নাজানা কারিকি ছুইথৌ ইময়া হেপ, নোংয়ায় ইমলক চঙনা লেলেৎপা-রাকাপানো কনলক-এ। হৈয়েম কাংপিনৌ আথৌপানা চায়বা থোংকেল্লা, আরোং চঙফুনা তিন মেন কানানঃ তাচাম্ননাকাপানো।" হান্ননা মতাইয়েব কংলা কান শাং থম্না য়াকাপাশিংতা পাওমেন পাপু

মতাইরেন নোংয়ায় থাথাথন্‌পা, আতোন্‌ লাইথা মরাঙহৌপা, পানপা কৈশকপা, কৈরেন তেংথাপা, কাইরৈ অাকন-কাও মাচেঙ কৌইতু চায়তাপা য়েনকুমপা, কাইনৌ লমশাং পানকুম, য়াকাপা পুম্নামাক্তি হেরেম কাংপিনৌ অথৌপা কোলোয় মমিং তানা শোংকিনরপাকি নোংয়ায় কানানা পাওখুমতা, অতোন্‌ কনানা পাওয়াতে ॥ ২ ॥

---

খীগ্নথায়=অথোইবা মী। ফেলাতানচাওপা=মফেচাওবা, মশাফবা। সামু নেংকন্‌পা=পাম্বোম, থিকথা ফবা। থৌপান উফোং ফোনলাং মৈতা=কংলাদা। তেলা কাংলং মৈতা=দরবারদা। চুপ্‌পুথোই—লেঙদনা ভাকপা। নোংয়ায়=খুমন। তাংশক্তা=উশিত্তুনা, মীথাদানা। পাত্থংনরকাপানো=লান্দারম্নিবনো। কনলক-এ=মুঙাইতে। চায়না খোংফেম্না=লানশোরুদুনা। মারোং=চুঙ। তিনমেন=তা। মতাইরেম=মনাই। তাচায়নাপা=তা থিম্নবা। কাইরৈ অকন-কাও=কাওবা কনবা য়েন। কংলা ফানশাং থম্না য়াকাবা=দরবারদা থম্না ফম্নিবা। পাওমেনপাপু=হায়পাপু। পানবা কৈশকপা=কৈগুম্বা। কৈরেন তেংথাপা=কৈনি হায়নবা। মাচেঙ কোইতু চায়তাপা=মনাক্তা চঙবদা চেন্থোক্তবা। কাইনৌ=থরানমিচাক। কাইনৌ লমশাংপানকুম=থরানমিচাক্না পাক শম্না থোকপগুম। য়াকাপা=ফম্বা। কোলোয়=মিং। শোংকিনরপাকি=কিরবগী ॥ ২ ॥

---

"নতাইরেম হেরেম কাংপিনৌ অথৌপাকি তন্‌পা মতিক্না, হেরেম মাপানাপাপু পুম্না লৈতে" হায়না পাওখুম লাপাতা, মতাইরেম নোংয়ায় ইমখৈতাপা আতোন্‌ পন্‌চিন খৈপা, নোংয়ায় চাখা মোইরেমপা কংলা কোয়া থৌকাপানা মানপি মংতপ্‌নানা "থোইতোম মুখারাপি মপারি চাখা মোইরেংঙমপা, চৈরৈ ফিপায়রোয়. আতোন, চকলাই পনতোনকি, নামু মিপাইরোই অনি মাপু লৈ-এ। ইরান, অতোন, তাপাকি কংলা

খৌকা থেঙলে। নোংয়ায় চাখামোইয়েংপা হায়পাতি ঐনে। নাতাইরেম ঐপু হৈরেম মতিক নত্তা. থুনচান্ মপা ওইতারাপাগুং হৈরেম কাংপিনৌপু চায়না খোঙফম্না, তিনমেন তাচায়না মাংরাঙ চুঙফুনারুকে"। নোংয়ায় নঙপু তাংশক্তা, অাতোন্ মীথাতানা হুইথৌ ইময়া হেপ, অাতোন্ ইমলক চঙনা কারিকি পাম্বুংলাকাপানো। হৈরেম কাংপিস্তপু তাঙচা ইকাই-এ। নোংয়ায় নঙকিতামকপু নাতাইরেম ঐপু খোয়মা ইমায় ওন্ওই-এ। হৈরেম মারান ওইনা নোংমনলাপাগুঙ নাতাইরে নোংয়ায় চাখা মোইরেমপা হুয়েন ইরান ওইনা নোংমনলাপাগুং, নেংয়ায় ইপালাই ॥ ৩ ॥

---

নাতাইরেন=ননাই। তনপামাতিক্কা=নিপাখোক্কা, মপাচাবা। নোংয়ায় ইম্নখেতাপা, অাতোন্ পনচিনখেপা=য়ুমদোম্পোক ওইনা তাপা। কংলা কোয়া খৌকাপানা=কংলাদা খেংনা কারকপানা। মানপি খুওম্লানা=খুংলোমতুনা। মপারি=মচাম্পা। চৈরে=কি। অাতোন্ চাক্লাই পস্তোনকি=খুমনগী লম মতাইদা। কংলা খৌকা থেঙলে=কংলা কাখা থেংত্রে, দরবার খেঙত্রে। চায়না খোংফেম্না= লানশোক্কদুনা, পম্বুংলাকাপানো= লান্দারগবনো। খোয়মা ইমায় ওনওই-এ= মায় লৈরোয়রে। হৈরেম মরান ওইনা=কাংবিশুনা ঙমতুনা। নোংমল্লাপাগুঙ =শিরবগু। নোংয়ায় চাখামোইরেম্বা হুয়েন ইরান ওইনা নোংমল্লাপাগুঙ= নোংয়ায় চখামোইরেংঙম্বা ঐনা ঙমদুনা হাংলাবগু ॥ ৩ ॥

---

"অাতোন ইপু-লাই, নোংয়ায় পোকপা শরাম্লেন, চিংঙস্তু লাইপোক-খৌ অাম্নিপানা নোংতেমপিগুনো। তৌইকুম নাতাইরেম ঐপু মোয়নু তানলোয় ইম্নমপি, কেকে মোইপা চামু লৈমা নামোইখামপিপু কেকে চাওপা পুঙ, মোইরাং শাংবা মানকি অারোঙ-অাউন তম্না ইরান

লোনইময়ায়তা মারান মুহোঙ-খোঙতোংলকপাপু কোরৌ মুমিৎ মঙানিতাআপু নাঙায়রি-এ। হয়েং নতাইরেম ঐনা হৈরেম কাঙপিশু আঃঐপাপু ব্রায়রা ইশা ওই হুয়েন ইরান ওইনা লুরক কাংতে থী খৌনাও লোস্থোঙ লেম্না কংলা লানপাও তম য়েনপুম হুইরোয় চন লাকথা লানমিং থানা কংলা লানপাও তমলাপাশুঙ নোংমাই লৈমাপা নঙনা য়াইফা মিংলেন লৌচাঙৈনে। নাতাইরেম ঐকি তম পা কোলোয় মিংলনশুঙ হায়েং নোংয়ায় চাতোয়া কাওয়ালোই। আতোন শুতোয়া নিন লৌরাকানে। নোংমাক্রি পুঙপু কোয়োয় ইমিংচৎনা নোংমাই নারমপানপু য়াংকেইচাকে। হৈরেম কাংপিনৌ অখৌপা শেনলোই ইপাতাও, পুনচান সথে কৎপাকি ব্রায়রা মাশা ওইরাপাশুঙ, নাতাইরেম ঐকি মোমলু তানলোই ইরুমপি লৈম-নামোইখামপিপু তারা চাপিচা চৈরৈ ফি পিনা লাংকোনপি-ও” ॥ ৪ ॥

---

অতোন ইপু লাই—খুমন পোকপা লাই। চিঙঙু—লাই। লাই-পোকখৌ—অথে ইবা লাইনা। নোংতঅপিশুনা—তৰি শানা। তৌইকুম—অচুপা। মোমলু—চুপি। তানলোয়—মৌ, চুপা লৈরকী চুপী। ইকমপি—ইতু, লোয়নবি। কেকেমোইপা চম—মোইরাং নিঙোল। কেকে চাওপা পুঙ, মোইরাং শাংপায়াইকি—মানা চাঙ-জরকপা মোইরাংদগী, ইপাথদগী। ইরান—ঐগী লৈফম। লোনইম—ময় ইতা মুমদা। ব্রায়রা ইশা-ওই—ঐনা ঙমতুনা। হুয়েন ইরান-ওই—ঐনা লাঙমতুনা। লুরক কাংতে থী—মকাককনা, হাৎপা। খৌনাও লেলোনলথোঙ লেম্না—মঙকঙকতুনা। কংলা লানপাও তম—লানচন্নবা লাইরা শোনবা। য়েনপুম হুইরোয়চন—লানচন্দুনা, লাইরাশোন্দুনা মথয়াই কৌদুনা হায়্রা। লাকথা লানমিংথানা—লুখা থানা, তৌরকইবা লানগী ব্রিরি লিম্না। য়াইফা—অফবা। তনপী—নিপাঙইবগী নিপা। কোমলোয়—মিং। নিনালৌরাকানে—শোমহৌরনি। নারমপানপু—নরমদমু। য়াংকাইচাকে—লৈজগে। ইপাতাও—ইমায়বা ॥ ৪ ॥

''নামোম লৈরাং মাতম মানকুম পানপা চাকুম লাংকোয়া শাতুং নাওরেমতোনকুম, কানা মৈকা থুপ্না, শিঙচা রাইহোয়না, য়েনলাঙ য়েনলাঙ থৌচংনানা, তাঋিম নাই ওইনা নাওঃয়াকপি-ও। নোংয়াম ইপাচা খুমন ইতিকনাপাশিংতা মুরা মুহৈতেংকুম্না কাওচাপি-ও। নাতাইরেম তন্পা ইতিক নত্তপাশিতি য়াম্মা নিংথৌ আতোন পুন্সিপা-ও, নাতাইরেম তনপা কোঃলোম ইয়াথং আশিপু হায়ং নোংয়াই রাকাওপিকুনো'' হায়না চাংচৌ চেপ্না লোয়া খিচিক্কা পুরুম্চাপানে। নোংয়াই মানিংথৌ আতোন লৈমাপানা 'ইতাইরেম নওতুম তনপা নামায় লৈ, য়াম্চেং নানম মুক্কুনা। তানলোম্ন নারুমপি লৈমা নামোই খাম্পিনা ইমোম লৈরং মাতম্ মানকুম্না লাংকোনঙামকে'' হায়রাপাতা নোংয়াম্ন খুমন নিংথৌ আতোন্ পুন্সিপা নিংথৌ মাঙ্তাথানা হাওমন্ পুমশয়না মাঙলম য়োঃনা ''নোংয়ায় চাথামোইরেমপা তাইয়ম নাইগুংচঙ পানপা কৈঃচংলাং কুমপাতি তনপা রাশক হোংতে'' হায়না তাঙচা লুরেন পাই, শমলাং তোনকা নান, নোংয়াম চাথামোইরেমপা, কোঃলোম যিংলেন্ ফান্না পাওমেনলাপাতা আতোন্ লৈমাপা শুঙ্ মারান কংলা থৌকুমলক্কে। মাতইরেম নোংয়াম মানিননাইপা থাথা লাইথা মারাঙঃহৌপা পুয়াম শুঙ মারান থৌকুমলক্কে হায়তাপারা ॥ ৫ ॥

---

নামোম লৈরাং মাতম মানকুম=নাচাম্বুলী লৈশাবিত্তম। পানপাচাকুম= কৈ মচাওম। লাংকোয়া=ল্লোকতুনা। শাতুং=শা মচা অমা। নাওরেম তোমকুম=অতোনবগুম। কানা=চুম। মৈকা থুপনা= মৈ জোংনা ( কনা অমত্তবু মঙহন্দনা )। শিঙচা রাইকোয়না= শিঙচনহন্দুনা। য়েনলাঙ থৌচংনানা=থবক তুহন্দুনা। ইতিকাপাশিংতা =ইমায়বশিংদা। মুরা=লৈশাবি. মুপি। মুহৈতেংকুমনা=লৈনাখি মদক ফজবিগুমা। কাওচাপি-ও=থাজবিয়ু। রাকাওপিকুনো=

ব্রাংলেন=পুঙ। তারেৎ=শোম্ন শাবা খিঙনবা। মানিননাইনা=খিঙদুনা। আতোনতানা তাপাশিং-ও=থুমনগী লমদ লৈবশিং। হায়েং কোরৌ মুমিৎ মাতি=হয়েংদি। লমকেৎপা—ঙকচাও থেকপা। ব্রাশক্রুম্ব্রে=ব্রাশক্করে হায়নম্ব্রে। ইয়োং=য়োংখম। কোংতিং থাংনা=ফি তিংতুনা। শুনা হাওতাই কাঙফারোই=শুনা খোঙনা নেৎতুনা ফি শাবা ম্নারোই। থাপলা=মোইথাপু, লশিং। মারিন চিংনা=লশিংদগী লং ওইনা চিংখোকপা। তারেঙ খোংফাং নমুংনা=তরেং নাইবা লেপতুনা। ম্নারা=থবক। শিনশুফারোই=শুব ম্নাদে। শিন হেনও=থবক লেপপো। ম্নারা শিনথোক থামনা=থবক লেপ্ন হায়না। তানলোয় মারুমপি=মাগী মুপি। পাঙমেনখি-এ=হায়খি। শানৌ=ইংবেম্মা। নাশাপি=নপুরাইপা, নবুংঙো। খোমলেন—মঙ। তাংশক্তানা—উশিক্তুবা, মিথাদবা। পাওয়াতারাপাকি—ম্নানিংদ্রবগী॥ ৬॥

---

"নাথংলেন নোংম্নাই চাথামোইরেমপা ঐনা হৈরেম কাংপিশু আথৌপাপু নোংম্নাই ইতিক নৎতা, থুমন ইপা ওইতারাপাগুঙ, আতোন মাঙতা থানা কংলা ব্রাশক্নারে। হায়েং কোরৌ মুমিৎ মাতি হয়েম লানতাকে। তারা চা য়োমঙ, রাংলৈ খোম হান-ও। তনপা কোনলোয় ইরাথংপু হোংকরোই" হায়না পাওমেনলাপাতা তানলোয় মারুমপি কেকে মোইরামপা চামু লৈথা নামোইখামপিনা "থংলেন নোংম্নাই নাহা থারাই ইমিরেমকি মন ওইনাপা, কাম্নি ব্রানো, খোমলেন মঙলাংচাননে।" হায়না থারাই লাইখঙনানা খিপাই কোকইকানা পাওমেনলক-এ—"হে নোংম্নাই লাংচেং নাথোকলক্লিপা মঙকি কোনলোয় নায়াথং অসিতি খোমলেন মঙলাংচানতা লামুম্নাহাকশাং পুমনা মাপু কোরৌ আরোম পাইনা, থারাই লারথংমানা খোমলেন মৈকপথোক্লক-এ। যোমমু 'ঐপু মুরা' লাংচেং ইকারকপি,

মুচা পামেন চুঙলৈ ইহুনলকপিনে।" হায়না থৌখাম্মপাপু নোংয়'ই চাম্বা মোইরেম্মপানা পাওথুম্মখি-এ— "মোমনু লৈমা মামোইথাম্মপি-ও, কোনলোয় নায়াথং আশিপু স্নারম আরোকপা মাহাক্কে। তনপা নিপা ওইনা পোক্কপাতি ম্যাথং ব্রাশক হোংফরোই। শেনলোয় ইপাতাও লোয়নাপা, ইলান থৌকাম্মানাপা, লানলোই ইথৌ থমপাতা থন্ মানাপা, শঙলেন লানলুপ কাপাতা কাম্মানাপা, নোংয়োয় থামপি যৈ মিংশেন খাঙপাতা খাঙমানাপাশিংপু তাঙচা ইকাই-এ, লামফম ব্রাশক হোংফালোই" ॥ ৭ ॥

---

নাথংলেন=মপুরোইপা। হুয়েন ল মতাকে=লানচঙলে। তার=চাক। রাংলৈ=য়ু। খে মহান-ও -উতোংদা হানবা। আহাং ইমিরেনকি লন ওইনাপা=থাব্রাম্মশী মনি। 'থোমলেম অঙলাংচায়ে=মঙঙম খোক্কে। লাইখঙনানা=খঙঃপ্রক থংনা। মিপাই কোক ই কাননা=পাখত্তুনা। পাওয়েনলাক-এ=হায়ব্রকই। লাংচেং=পাখং। নাথোকলকলিপা-ও=মথোককারক্রিবাবো। শমু অহঙচাং=হঙচাং। কোরৌ মায়োনপাইনা=মাঙখিবা। খোজলেম মিকপ থোকলক-এ=মঙকাওনরকপা। মোমনু=মুপি। মুরা=মুপি। লাংচেং=লৈশাবি। ইকারকপি=মথোক্কারকপি, ইনথংলক্রিবি। মুচা পামেন চুঙলৈ ইহুনলকপিনে=পামেনউনা য়েম্মিং হুনবঙম তমৌরক্লিবিনে। স্নারম আরোকপা মহাকনে=ব্রাক্ষম অংদি অচুম্বনি। ইপাতাও=ইমায়বা ইলান থৌকাম্মানাপা=থবক তৌমিনবা॥ ৭ ॥

---

হায়না ব্রাহ্মণাপাতা লৈমা নামোইথাম্মপিনা— "অংলেন কারিথোইনো ওঙ্খোক-এ। ইপাম কেকে চাওপা পুত্র," খোইরাং শাংপা ম্যাখিকি আরোং আউন তম্মা নোংম্মাই নাক্লামম্মারত্তা ইরা- হুঁহোং খোংথোংলকপাপু কোরৌ চুমিং তাক্কিকনিত অংপু মৈতাইরি-এ

পানমানখিগে—মতম থরদংদদি লৈমিন্নখিশি। মায়না মীশা ওই—লান্দ মীনা হাংখ্রবদি। লৈহৌযুতাও মাওপালা=লৈহোরা, খাওলা। লৈরাং মায়ওন মাওপিকুম=বাখল লৈতাকম খওদনা। অশি মাইখুংতা শিবগু ওমদা। শেরালৈখাই তামলাওনে=বানা খাওলগানি। খেনলাইথোংতা=ইরাইবক্ত, লাইবক্ত। শিওতুম নিংকোয় য়েক=কলম্না য়েকপা। অনচি মাইয়ুম থাওতা=ইনা মতমদা ॥ ৮ ॥

---

"হাওরে খানা পাংপারম. মোইরাং নোংচুপ ক্ষেনচিলম, মাক্কে লমনা তামপা ইপাম কেকে চাওপা পুও মোইরাং খাংপা মাইকি, খোইস্তম নোংতম মাক্তুংইননা, নোংমাই নারানমাইতা পান্পা চাকুম লাংকোয়া, শাতুং নাওয়েমতোনকুম, কানা খেকা পুগনা লাংকোইরে। তাইপগু পানকি মুংশি পুক্লিও চৈথে নাইতারি-এ। কোয়ৌ মুয়েং তাকুক্লিতাআপু নাওাইরি। নোংমায় খওতা খানা কংমা নোংমেমাকতা নুমিৎ শিওপুম কক্লা কোয়ৌ নোংলেমাপা পাওমেনলুগে হায়পাগুও নোংমাই চিনহেনপা, অতোন নারাংপানে হায়মাওনে। নোমাই পুওতা ওাইনোক্লারাপাগুও, তাইপও খানলং কাঙারোই-এ থমকোন, লাংনারোই। হায় মানুংশও, নুংনাং মান্না লেকনা পাওথুমলাপাগুও নোংমাই মীতুকম অতোন মীমান পুওতা মানমাওনে। থংজেন নোংমাই চাখা মোইরেনওমপা নওপু হৈরেম কাংপিনৌ অখোপা হায়পাতি মারেম লমকেৎ-এ খুনচান লমখোই-এ, পানপা ক্লেচেংলাং কুম-এ মাইনা নোংমাই পুংতা শিওচা রাইকোয়নাতানা, মেনলাং থৌচংনাতানা শোংকিনা-এ। নোংমাই মতিক মক্তে, অতোম নাপা ওইতে। বাবুরা শাশিওকুও চুরেন অনুশিও ককলে, লানথর পুক্লিও তপজে হায়পাপু নাতা-এ, মোমহু কোনজোম [illegible] খানিপু বাচাশি-ও" ॥ ৯ ॥

হাওরৈ=মথা। ঙেনচিলম=সঙ্কোং। তামপা=লাপ্পা। খোইম্নম=লাই। পানপা চাকুম=কৈ মাচাগুম। লাংকোয়া=য়োকতুনা, থম্বিদুনা। শাতুং=শা মখল ১। নাওরেমতোন=অতোনবা। কানা মৈকা থুগনা স্নাংকোইরে=চুম্ন য়ুমদা লৈবগুম নরুম থুপ্ন লৈজবনি। তাইপঙপামকি মুংশি পুক্লিং চৈখ মাইতারি=তাইবংগী নুংশি ইখৌ লাংবা কোকশ্লি। কোয়ৌ নোংলেম্নাপা=ঙাইননবা। পাওমেনলুশে=হায়রুশি। চিনহেনপা=পঙাঙতা ঙাংপা। হায়রঙেনে=হায়রগনি। ঙাইনোক্লারাপাগুং=নোক্নহনবগুং। খমকোন্ লাংনারোই=মীওইপোক্ত কাম্নদে। হায়ুমামুংশঙ=নাশিম্নছুনা, মাবা। মুংনাং=স্বর। মনা লেকনা=শোস্থনা। মীতুক্নম=মী হাৎক্নম। মারেম=হৈরেমগী মিংলৌ। লমথোই-এ=হায়ম ইন্দবা। শোংকিনা এ=কিনবনি। হুম্নেন লানশিঙ কক্লে=লান তৌবা লেপপ্রবনি। লানক্নম পুক্লিং তপলে =লানশোক্লগে নিংল্লে। না-তা এ=তারে। য়াচাশি-ও=য়া অশি লৌখিয়ু, হায়জব ঙাবিয়ু ॥ ৯ ॥

---

হায়না খৌখাম্নপাপু নোংম্নাই চাখামোইরেমপানা 'শানৌ মোমমু লৈমা নামোইথাম্নপি-ও, হৈরেম কাংপিনৌপু য়ায়রা ইশা ওই, হুম্নেন ইয়ান ওইবনে। নোংম্নাই ইপা লাইনা লনকুশিগুনো। তন্পা ঐতি পাথৌ ইম্নায়াপা লক্তা মীশিং চোপনা থারাঙেনে। নোংম্নাই ইনিংথৌপু তাঙচা ইকাই-এ। মাতোন চাওপা পুঙপু হুয়াই শেনকোই-এ। নোংম্নাই শাংপা য়াইতা কুমচিং মায়মু থোক্না তাঙচা ইকাই নংপা, মামন থমলে কুমপাপু শারুক তায়া হেম্না তাঙচা ইকাইপাপু হেম্না মামন থমলে কুমপাপু মামা লৈতে। তৌইকুম শানৌ কেকে মোইরামপা চানু নঙগুঙ মুচা লাংচেং নাকারকপিনে। মুংঙাই মারাংকাম্নিনা পানমানানাশিংদে হাম্নপাকি মোমনু নুংওন নাপাওমেন, মুচা কোংকোই নারারেপ মুংশিপিশিপু য়ারম মাঙকপা মাহাক্লে। ইলন য়াওবা পুচাও

লোইপা তারা কৈতাং শাং, লাংকোই শঙশাংকি, তোংচেং হিচাকাং শাপা, তানলোই খাখন তৈ, লুমলেন মাহোং য়াম, থংলেন রানুংশি, তানলোয় তুনুংশি, পারি নুংচানপা, ইমোম নুংঙনপি, আশি থৈপিকপু শামু থুংশমনানা আমন খমলৈ কুমমানাতে; শিঙলেন লুকাককুমনা য়াংকোইপা মহাকনে। হায়েং লাংঙন মাপোক আমারক্তা পালেম পোকমাম্বি, পনথো পোকমাপা, শানৌ শাপিঙাই, লৌরু ত্রৈকি চাওপোকপা'' ।। ১০ ।।

---

থৌখামগাপু=খাগবরু, থিংজবরু। ইপা লাইনা=ইপা-ইপু পোকপনা। লনকুপিশুনা=চানবিশন্ন। পাথৌ=নিপাথোকপা, মরুপ। মীশিঙ চোপনা থারৈঙেনে=মীশিঙ চল্লরোই। তাঙচা=মায়। হুইরাই শেনকোই-এ=ইকাইয়ে। কুমচিং মায়মু থোক্ক=মায়দা কালিতৈনা। আমন খমলৈকুমপাপু=শিবরু। তৌইকুম=অচুবু। লাংচেং=লৈশাবি ওইনা। নাক্কারকপিনে=ইনথংলক্কিবনি। মোমমু নুংঙম নাপাওমেন=ইবেম্ম নঙগী মুংশি রাহে। মুচাকোংকোই নারারেপ=মুপি ওইবিগী রাখল। রারম আঙকপা মাহাকনে=অচুম্ব রাফমমক্কি। ইগন য়াওরা পুচাও লোইপা=শেন য়ান্ন লৈবা। তারা কৈতাংশাং=ফৌকৈ চাওনা লৈবা। লাংকোই শঙশাংকিপা=শগোন-শামু য়াম্ন লৈবা। তোংচেং হিচাকাংশাপা=হিজাও লোইবা। তানলোয় মাখন তৈ=মুপি য়াম্ন লোনবা। লুমলেন মাহোং য়াম=মুপি তোয়না হোংবা। থংলেন রানুংশি=মপুরোইবা মুংশিবা। তানলোয় তুনুংশি=ইতু মুংশিবা। পারি মুংচানপা=মুংশিবা পাম্মুবা ইচানিপা,। ইমোম নুংঙনপি=পাম্মুবা মুংশিবী ইচা। আমন খমলৈ কুমমানাতে=শিন্নিল্লখিদে। শিঙলেন লুকাককুমনা য়াংকোইপা মাহাকনে=রা পাম্বী ১৩দা লৈম্নিমরুম্বা লুকাক্ক তোঙান-তোঙান কেনখিবগুম লৈম্নিমরিবা শাবনি। আমারক্তা

=অমুক্ত। পানেম=ইমা। পোকমাপি=অপোকপি। পনথৌ=ইপা। শানৌ শাপিডাই=ইচিন-ইনাও। লৌরুচাওপোকপা=লৌরাম লৈবা ॥ ১০ ॥

---

"শিঙচা কোনখিন্পা ফমপি য়ুমফম ওইনরমপাতি অশিনে হায়না কানা খঙনা হৌতাপা পুঙনে। পাখং শিঙলেন লৈপামপানা লৈরাং হেকমাশ কাপাপু শারুক তারা হেন্না কৌপা চিংতোইলাংকুম তোয়নাখিশে, পোইরৈ চারি কুই, রাংঙম খোংতোন শাংনা য়াংকোই অনাখিশে হায়না পাওমেনপা অশিপু শানৌ কেকে মোইরাঙপা চানু নামুপোংনা হায়াওরোই, খোইমোম লাইনা য়াচারোই, তনপা রাশক হোংলারোই, লান্ফম য়াইথি রাপু খোরুাকানে। মুচা কোনলোয় নায়াথাংপু পাওখুললাকুনো।" হায়না য়াথং চৈখৈ নাইনা পাওমেন-লাপাতা লৈমা নামোইখামপিনা পিরেম মারাঙ হৌ, খুজাং পিফমতে, লৌরায়চিবা মিকপা, হিকপ হাইকপা য়াথং হিকহায়নানা মাথংলেন নোংয়াল চাখ'মোইরেমপাকা তেরা খাঙথোংনানা খোমলেন তুমকন্মানাখিরে হায়তাপারা।

কৌপা মানোংশোয়, লোয়য়া তমলোন ভান্না চিঙখোঙ লৈনা থোংলাপাতা— "শানৌ লৈমা নামোইখামপি-ও কৌপা চিঙমুংশোয়রে চাফু তিনলাং শৌ, ইরান খোয়তৌ ভংও, তারা চা য়োম-ও, রাংলৈ খোমহান্-ও, ইলান থৌচৎ থেঙলে" হায়না য়াহৌপাপু কেকে মোইরাম্পা চানুনা য়াথং হিকহায়নানা খোমলেন মিকপ্ নালাকএ ॥ ১১ ॥

---

শিঙচা কোনখিনপা=শিঙ্গেচাওনা পৈরম্বা। ফমপি য়ুমফম ওই-নারমপাতি=ইয়ুম ওইরম্বা। অশিনে হায়না কানা খঙনহৌতাপাপুঙনে =অশিনি হায়বা ভমদবা তাইবং পাম্রি। পাখং শিঙলেন লৈপাম্পানা

শাংকায়রবা লৈবু। কৌপা চিংতোয়লাংকুম=নুমিৎ থুদিং চিঙবগুম তোয়নখিশে=তিন্নখিশে। য়াংকোই মানাখিশে=লৈমিন্নখিশি। নামু পোংমা হারাওরোই=মীনা হরাওরোই। খোইমোব লাইনা য়াচারোঙ্গ =লৈপাম্ব পাখংনা। লৈরাং হেকমায় কাপাপু=মপুঙফানা =লাইনা য়ারোই। য়াইথি রাপু—থুদোংথিবা রা। য়াথং চৈথ নাইনা =অরেপ্প ওইনা। পিরেম মরাঙ হৌ=পিতানা। থুংতাং পিফম তৈ=থুংনা পি তৈথোকপা। লৌরায় চিপা=উচি মিকপনা=খোনপিক্ল কপ্প, লোম্ন কপ্প। য়াথং হিকহায়নানা=হিক্ল-হিক্ল হায়বা। তেরা= মোন। খাঙথোংনানা=খাঙমিন্নতুনা। খোমলেন তুমকনমানাখিরে= তুম্মিন্নখি। কৌপা মানোং শোঙ্গ=নোং ঙানথোক্লকপা। লোয়ন্না তমলোন ঙাননা=চিঙয়া-তময়া মাঙান ফাওরকতুনা। চিঙখোঙ লৈনা থোংলকলাপাতা=ঙাঙ্‌্যানবা মাচু ফাওরক্লবদা। কৌপা চিঙমুঙ শোয়রে=নোংঙাল্লে। চাফুতিনলা শৌ=চাকথোংতুনা। ইরান খোয়তৌ ওংও—এঙ্গাং থোংঙো। তারা চা য়োম-ও=চাকা য়োমমো। রাংলৈ=য়ু। খোমহান-ও=হাল্লো। ইরান থৌচং থেঙলে=এঙ্গী থবক থেঙলে ॥ ১১ ॥

---

"থংলেন নোংয়াই চাখামোইরেম্‌পা-ও, মোম্‌মু খোমলেম মঙলাংচানপু খৈনা ফত্তে। মুরা মানলৌ ইকানককা, মোমমু চৈরে ইনমথাংকা তুরেন মোংপা ইতা লাইচা ইরৈচন্‌না তাও থাখিপাপু শিঙনাং কৌরোঙ শুনা লামপাপু লাময়োন-এ। কংলৈ মাশুমাঙতা লোইপি চিঙকাক্লেম্না চোয়নৌ চঙনা রারনা থুমনাও চঙনা চেন্না হাওরৈ খানা পাংনা পাইথাখিপাপু খোমলেন্‌ মঙখৈনারক—এ। তানলোয় নারুমপি, মোমমু চিনকোয় ইয়াথাং অশিপু রাচানাপিও। খোমলেন মঙলাংচানপু খৈনা ফত্তে। আশিকোরৌ মুখিংমাতি হুয়েন লানতাকুনো।" হায়না থৌখামপাপু নেংয়ায় চাখামোইরেমপানা—

"শানৌ কেকে মোইরামপা চান্থু-ও, খোমলেন মঙলাংচানকি মাতৌ ওন্থোকপা অাফা ফত্তা অানিমাপু তাইপঙ মানলংপানতা য়াচাফাতে। পামেন উতাকাপা চিঙলেনপন্ লংলা অাৱাংপাতাকি ওনথাপা, কোরৌ নোংলোন পাইপা, পানগা কৈপু ওকনাপা, লাইচা ইতা শিপা, থামপি মৈচেম্নারুপা লাংকোই মোইশায়া শামু লুরাংপানা লাংকোই মাঙতাথানা হাৎপা. খোমলেন মঙলাংচানকি থাৱায় লাইখংনারকপা মতৌ অতু থৈপিকপু তাইপঙ মানলংপানতা মাতৌ মাশিঙ শুনা থোকইকিতি নামু মীশিঙ য়ামনা লৈরারোই" ॥ ১২ ॥

---

মঙলাংচানপূ=মণ্ড্‌ব্‌। থেনা=য়াম্ন, কাহেম্না। মানলৌ=ফি। ইকানক্=খাঙচেৎ। ইনমখাং=ইন্নব.ফি। তুরেন্ মোংপাইতা=তুরেনগী ঈশিংদা। ইমেচননা=ইচেনগা লোয়ননা। কৌরেংশুনা=চৈ পায়তুনা। লামস্নোন-এ=লান্থ ফংহৌদে। লোইপি=চিঙ। চোয়নৌ=সনা। চঙনা রুয়না=লাকখিবা। থুম্নাও চঙনাচেম্না=য়েম্নাও হিংনা পুখিবা। মঙখনারক এ=মঙলমমে, অরাইবদামঙবা। তানলোয় নাকুমপি=নানাই গুপি, নতু। চিনকেয়=চিম্বান। রাচনাপি-ও=রা লৌবিয়ু য়াবিয়ু। অশি কোক্তৌ=ঙশি মুমিৎ। হুমেন=লান। মাতৌ ওনথোকপা=মঙং মওং। য়াচাফাতে=লৌব য়াদে। কোরৌ নোংলোন পাইপা=নোংথক্ত পাইরম্বা। থামপি মৈচেননারুপা=মৈনা চাক্লম্বা। থাৱায় লায়খংনারকপা=অকি-অথং উরকপা। থোকইকিতি=থোক্রবদি ॥ ১২ ॥

---

"খোমলেন মঙ্লাংচানতি তাঙ্চা লুরেন্, কক্না অানেন হমলে কুমপাশুঙ, মাশিঙ থৌঙমতানা মাঙনা হৌনাপা পুঙনে। খোমলেন মঙলাংচানতি রাচানকুকুনো।" হায়না তানলোয় মারুমপিপু উন্পি পুরিঙ তেমহ্নলাপাকা লৈমা নামোইখামপিতি চাফু তিনলাং

শ্রৌ, ইরান খোয়াংতৌ ওংনা তারা চায়োমানে, রাংলৈ মোমেহানলাপাকা পুনুং চংপি লারাক কায়রে। রাংলৈ কোনংতৌ থোকজে। অথংলৈ নোংমাই চাখামোইরেমপাতি শাওতিও লানলৈ থেম, নিংখম চারিখম, নোংপোক চাকমিংশেনো শায়া মিরেন লাকা পুলুং লানপোক শেংলাপাকা মাশানৌ লৈমা নামোইখামপিকা মাংকোন, মানুংলাংতা কাওরেন, পাপোং কায়তানা ফমসাপাকা তিনমেন থুত্তা শু, মারোঙ ওকতা হুক্রা কংলৈ মাশুমাওতা শুমায় থেন, খৌশাপাপু লৈমা নামোই খামপিনা পাওমেনখি এ — "থংলেন নোংমাই চাখামোইরেমপা-ও, নওনা শুমায় থেন খৌশাপাপু চুনাতে। লংপা লুকংকায় পৈ, পাখুং সনলাই থুংতে। তারা চা য়োম পাগুও চংপী লারাক কায়, তারা চা নমথী এ। রাংলৈ য়ুংখাম হানপাগুও রাংলৈ কোনংতৌ থোক-এ। মোমম্ম কোনমেং ইয়াথাংপু রাচানাপি-ও। লানচং খোওশানফাতে" ॥ ১৩ ॥

---

খোমলেন=মও, তম্বা। লুরেন কক্রা=কোক কক্রা। আমন খংলৈ কুমপাগুও=শিবশু। মাংনা হৌনাপা পুওনে=মাওখিবা ওইরমি। রাচানারককানো=রা লৌরুনু। মারুমপিপু=মতুবু, মাগী নুপি। উনপি=পুক্রিং। পুক্রিং তেমহানলাপাকা=খওহল্লবদা। চাকু তিনলাং শৌ=চাক থোংদুনা। তারা চা য়োমংলে=চাক য়োমংলে। পুমুংচংপি লারাক কায়রে-লা শেগায়রে। রাংলৈ কোনংতৌ থোকে=মুদা কোঙ্গোন শৌগংপা। শাওতিও লানলৈংথম=কে ইয়েং, (কোঙ্গা ফি আশাংবনা য়েংলগা মথক্ত ফি মচা ১ না অমুক খদাংগা লোয়নবা কিশিনবা কোইয়েং)। নিংখম চারিখম=নিওখম। নোংপোক চাকমিংশেন=মিংশেন। শায়া মিরেন লাকনা=ময়ি য়েংতুনা পুলুং লানপোক শেংলাপাকা=লানগী ফিজোন শেংপা। মাপুং লাংতা=মপুংদা ময়ায়দা। কাওরেন পাপোং কায়তানা=ফমিয়বা। তিনমেন থুত্তা শু=তা-পায়তুনা। মারোঙ=চুও। কংলৈ=শুমাও। শুমায়থেন

খৌশাপাপু=ওস্রাওদা শাবা খৌ, ওস্রাওদা তা চোংবা। চুনাতে=মতৌ অদুগুম, পকচেপ্পে। লাপা লুকোয় পে=কোইরেৎ পৈরে। সন্‌লাই=কোইরেৎ। থুংতে=নাম্তোক্কে। রা চানাপি-ও=হায়জবা রাবিয়ু। লামচৎ খোঙপাম কাতে=লান চৎপিরসু॥ ১৩॥

---

হায়না থৌখাযপাপু থোয়য়াতে। লৈমা নামোইথামপিতি থুংতাং পিক্কম তে মাথং হিকহায়নানা কাওপি চিকা লুক্কা রাহমপাপু নোংয়ায় চাখামোইরেমপাতি ঊনপি পুক্কিঙ লেপ্‌না তানলোয় মারুমপি থৌখাম-খোন্‌পু রা চানাতানা মারান থৌ চংখিরে হায়তাপারা। নোংয়ায় পনমাখা অতোন পনমারু, লমলেন উচিরা খোইতোংপানসু নাতেনানা শেকমাই তুকা লমলেন রাচেঙচা র ইকোয়পু ঙমওন্নানা হৈরেম য়ুমলক চঙ, থুনচান্‌ য়ুময়া হেপ্‌না পাওহংলু-এ। হৈরেম শিঙচা রাইকোয়পা য়েনলাঙ থৌচংপাশিং-ও, শেনলোয় ইপাতাও হৈরেম কাংপিগু অথৌপাপু মারান কাতাইলমতা থৌচংখিপা শিঙচা কাতাইলমতা রাইকোইখিপনো” পাওহংপাপু হৈরেম শিঙচা রাইকোইপাশিংনা “নোংয়ায় চাখামোইরেমপা-ও, থুমচান্‌ লমকেংপা হৈরেম কাংপিনৌ অথৌপাতি লমলেন হৈরেম মারকশি. কোনয়া থোইতিংপানতা থানলৈ লৌ তারিপানে।” হায়না পাওতাকওাম-এ। নোংয়ায় চাখামোইরেমপানা লমলেন হৈরেম মারকশিতা রাইথুংলুরে। “পাথৌ হৈরেম কাংপিগু অথৌপা-ও আশি কোরৌ মুমিংমাতি চায়না খোংফেয়া মারোং চুও ধুনাশে”॥ ১৪॥

---

হোয়রাতে=য়াপ্পে। কাওপি চিকা লুক্ক=নোঙ্গুক। থৌখাম খোমপু=থামজবু। রা চানাতানা=রা লৌদনা, রাবিদতুনা। থৌচংখিরে=চংস্রে। নোংয়ায় পনমাখা=গুমনগী লম। নাতেনানা=হেন্দোক্তুনা। ঙমওন্‌নানা=ফাওতুনা। হেপ্‌না=চংতুনা। শিঙচা রাইকোইপা=

শিঙচল্লিবা। ইপাতাও=মরুপ, ইতাও, ইমান্নবা। মায়ান্ কাউাই নমতা=অকম কদাইদা। লমকেৎপা=লমহেনবা, মী উমিংতবা। মাংলে=লৌ। লৌতারিপানে=লৌ ত্তরিবনি। পাওজাক তাম-এ=তাকলে। রাইথুংলুরে=ম্লৌরে, থুংলে। অশি কোরৌ মুমিৎ মাতি=ওলিদ্দি। চায়না খোংফেননা=লান শোক্লদুনা। মারোং চুঙ ফুনাপে=চুঙ হাইনবা, তা থিম্নবনিংবা ॥ ১৪ ॥

---

হায়না পাওমেন্পাপু হৈরেম কাংশিত্তনা পাওথুমলক-এ। "নোংমায় চাখামোইরেমপা-ও, অশি কোরৌ মুমিৎ মাতি মায়ান ওনতেখিও। ইন্লুম নাওশং ইরুথুপ্না চুঙলোং ইনমখাঙপু ওইফারোই। মানপি শনহোই চে. চেপুন্ ইথুংত্তনা। তিমেন ইথুংত্ত ওইফারোই। নঙপু নাচিঙ হুনব্রাইখি-ও। হায়েং কোরৌ মুমিৎমাতা চায়না খোংফেন্নাশে। খোইমা ইমায় ওনলেয়, নঙত্তঙ মানচেং মানম মুক্কনো। নালান্ থৌচংলকও" হায়না পাওমেনপাপু নোংমায় চাখা মোইরেমপানা— "ঐতি ইরান্ ওনতেরারোই-এ, নোংমায় ইনিংথৌপু তাঙচা ইকাই-এ। নোংমায় ইম্লক চঙনা নঙনা কারিকি নোংমায় ঐপু তাংশক্তা, অতোন মৌথাতানা পন্থেংলোকাপানো। নোংমায় ঐতি খোরমা ইমায় ওনলাবোয়" হায়না পাওথুম্লাপাতা হৈরেম কাংশিনৌ আথৌপানা "নোংমায় চাখামোইরেমপা নঙপু মাওয়া নাথোক্লকপা লাংচেং নাকারক্কিপানে। হৈরেম ইতিক নত্তে, খুনচান্ ইপা ওইতে, তানলায় তুম্নুংশি, থংলেন রামুংশিপু পোইরে চাপ্পি কুই, রাংঙম খোঙতান শাংনা পানমানাখি-ও নোংমায় শেন্দলেঙাই, অতোম পাইলেঙাইপু নায়ান ওনতেখি-ও" হায়না পাওমেনপাপু হোয়রাপিতে। ॥ ১৫ ॥

---

পাওমেনপাপু=হায়বৰ্। ওনতেখি-ও=হনাপ্রা। ইনলুম নাওশং ইরুথুপনা=য়েস্পারু। চুঙলোং ইনমখাঙপু ওইফারোই=চুঙ ওইবা

ফারোই। মান্নপি=মপ। শনহোই চৈ=শাজৈ। ইখুৎত্তনা=খুত্তা পাইবনা। ওইকরোই=ওইব য়ারোই। নাচিঙ হনজাইখি-ও=হনজ্রো। হায়েং কোরৌ নুমিৎ মাতা=হয়েং নোংমা। খোয়মা ইমার ওনজোর =মাক্ষ লৈরোই। য়ামচেং নানম মুক্কুনো=চেনগন্নু। মাজান থৌচৎমক-ও=লাকউ। ওনতেরোইএ=হল্লরোই। তাংশজ্জা= উশিত্তনা, রাওইদনা। পনখেংলাকাপানো=য়ান্দারকইবনো, খুৎনবা হৌবনো। খোয়মা—মায়। নাওরা=স্রভাং। নাখোক্লকপ নে= ওইরিবনি। লাংচেং=পাখুং। নাকারক্লিপানে=ইনথংলক্লিবনি। ইপা ওইতে=ইপা চাদে। তানলোয় তুম্নুংশি, থংলেন রানুংশিপু পোইরে চারি কুই, রাংভম খোংতোন শাংনা পানমানাখি-ও=নভগী মুংশিবিগা নতে ননাও পুন্সি চুপ্পা পানমিম্রক্খো। নোংয়ায় শেলৈসভাই আতোন পাইরেভাইপু নারান ওনতেখি-ও=খুন্নন নশেন-নবাই মরি মতালক্কো হনজখ্রো। হেয়য়াপিতে=য়াদ্রে॥ ২৫॥

---

আক্কুনোংকি হেরেম কাংপিনৌ আখোঁপাতি লমজেন হৈরেম মারকশি খানৈলে ইরৌমাঙ আশিতা ভাইখামভাম-ও প্রীতি মায়োং চুঙশেনন্মারুখিকে, তিংমেন তাচেনলুখিংক” হায়না মারান চেনকনখিরে। তানলোয় মরুমশি খোঁপা য়ুমলৈঙামপিতা পাওমেনখি-এ। “হে তানলোয় ইরুমপি-ও, আশি কোরৌ নুমিৎমাতি তারা চায়োম-ও, রাংলৈ খোমহাম-ও। হৈরেম ঐপু নোংয়োয় চাখ ঘোইরেমপানা হুয়েন লানশিঙনা-এ।” হায়না পাওমেনপাপু ঘোমগু তানলোয় মারুমশিনা তারা চায়োমলে, রাংলৈ খে মহান-এ। হৈরেম কাংপিগু গুচু, শঙতিগু লানলৈ থেমনা পুম্বং লানপোৎ শেং-এ। মারোঙ ভক্তা হুক, তিনংমেন থুত্তা গু, কংলৈ মাশুমাঙতা শুমায় থেন খৌশংপাপু ঘোমগু তানলোয় মারুমশিনা পাওমেনখি-এ— “থংলেন হৈরেম কাংপিনৌ-ও, তারা চায়োমপা গুঙ মায়োম ফাএ, রাংলৈ খোমহানপাগুঙ মাহান ফাএ।

শুমায় থেন খোঁশাপাশুঙ মাশা ফা-এ। বায়রা শানিকিতি শাক্রা, হুয়েন লাননিকিতি লানতোমপোকপু য়োনতানা চুনা-এ" হায়না পাওমেনলাপাতা হৈরেম কাংপিনৌতি মারান থৌ চংলক্লে। নোংয়ায় চাখামোইরেমপাশুঙ, হৈরেম মারকশিতা মারোং মায়থানা পাম্বং পানবোম ঙাইখাঙনানা ঙাইখমঙাম এ ॥ ১৬ ॥

---

ইরৌবাঙ অশিত্তা= লৌফম্বশিদা। ঙ'ইখমঙাম ও=ঙাইরম্মু। চুঙশেম্মারুশিবকে, তিমেন তাংচেনলুশিক্লে—চুঙ-তা লৌরুশিলে। চেনকনশিরে=থুনাচংশ্লে। থৌপা যুম্লেঙামপিভা=ময়ুমদা লৈংহৌবিদা। হুয়েন লানশিঙনা-এ=লানশোক্লশি হাররক্লে। শঙতিঙ লানলৈ থেম্না= কোইয়েংয়েঙনা। পুম্নং লানপোঙ শেং-এ=লায়গী ফিজোম শেংলে। মারোঙ ঙক্তা হুক=চুঙ ঙক্ক হুকতুনা। তিনমেন থুম্বা শু=ভা পায়দুনা। শুমায় থেন খোঁশাপাপু=শুমাঙদা তা-চোংববু। তায়া চা য়োমপাশুং মায়োমফা-এ=চাক য়োম্নশু কৈ। বায়রা শানিকিতি শাক্রা=অখোইবা লানথোং। শাক্রা=অখোইবা। হুয়েন লাননিকিতি লানতোমপোক=ইতোপতোপ্প লম্লোং, হেক্ক ঙমগদবা মানবা। য়োনতানা=শোয়দনা। চুনা-এ=মাপ্পি, পকচরে। মারান থৌচংলক্লে =লাক্লে। মারোঙ মায়থানানা চুঙ লৈপাক্ক থাদুনা। পানবোম ঙাইখাঙনানা=পাম্মোমদা মোন ওইনা খাঙদুনা। ঙাইখমঙাম-এ= ঙাইরম্মি ॥ ১৬ ॥

---

তানলোয় মারুমপি কেকে মোইরামপা চাযুতি তারা চাথংতা, লাইচা ইয়োংতা, হেকঙ'ই মাপাও চাওনা কংলৈ মাশুমাঙতা থংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেমপাপু মারান ওনতেলক মাচিং হমরায়রক্লি-কাপারা হায়না খুনিঙ মে ইতোন কাঙ থুংপাক লইখন শানা মিংয়েং শানথৈরি-এ হায়তাপারা। লমলেন হৈরেম মারকশিতা নোংয়ায় চাখা

মোইরেমপাকা হৈরেম কাংপিশুকা তনপা মাপিঙাতি তারা মাচাক য়োমপু তিমেন মাতাতোনতা লান্‌নারে। তারা খুৎপুন পী, লাইচা চিনখুন য়োংমানারকলাপাতা হৈরেম কাংপিনৌনা পাওমেনখি-এ— "নোংয়াম্ন চাখামোইরেমপা-ও তারা চায়োম আশিপূ তারা চানমখি-এ রাংলৈ খোম হানলকপাগুঙ রাংলৈ কোনঙৌ থোক-এ! নঙপু নরান ওনতেখি-ও" হায়না পাওমেনপাপু নোংয়ায় চাখামোইরেমপানা পাওয়াতে। খোক্লাং লমচৈ ওনলাপাতা "পাখৌ নোংয়ায় চাখামোই-রেমপা-ও, নঙকি খোক্তি কারি খোকনো। খোকলাং তাংশুঙ তাংমিৎ কান্না শুপানো।" "পাখৌ হৈরেম কাংপিশু-ও, তিনমেন ইথুংশুতি ইয়ুথাংচিং খোকনে। খোকলাং তাংমিৎ নিপান (৮) শুই-এ।" "পাখৌ নোংয়ায় চাখামোইরেমপা-ও নঙশুঙ নোংয়ায় পুঙপু থোন-ও, এশুঙ হৈরেম ইপা পুঙপু থোন্‌কে" হায়না পাওমেন্‌নারে হায়তাপারা ॥ ১৭ ॥

---

মাকুমপি=মতু। তারা চাখংতা মাইচাইয়োংতানা=চারা হেন্দুনা, চাদ থক্কুনা। হেকঙাই মাপাও চাগনা=মুংশিনা শোন্দুনা। মারান ওনতেরক, মাচিং হনব্রায়রকালপারা=হন্নকুবরনে। থুনিং মোইতোন কাঙ=থুনিং কাংখত্তুনা। থুৎপাক লাইখন শানা=থুৎ খন্দুনা। মিৎয়েং শানখৈরি-এ=য়েংজরি। তন্‌পা=নিপা। মাপিঙাতি= মাবানিদি। তারা মাচাক য়োমপু=চয়োমশিংতু। তিন্‌মেন মাতাতোন্তা লন্নরে=তা মতেন্দা খিনজিন্নগা অননা অমদা পীনবা। তারা চিনখুন পী, লাইচা চিনখুন য়োংমানারকলপাতা=চাক ঈশিং চাবদোইরতুনা। তারা চানমখি-এ=চাক অশি মনম নমখিরে, পূয়ে। রাংলৈ কোনঙৌ থোক-এ=য়ুঙ কোঙ্গান তারে। ওনতেখি-ও=হনম্ব্রো। পাওয়াতে= য়ারে। খোক্লাং লমচৈ ওনলাপাতা=তা হুন্নবদা লেপ্নফম ওইনবা তাখোক্র লমচৈজ ওনবা। তাংমিৎ কান্নাশুপানা=মতাং কয়া শুই।

ইয়ু থংচিংখোকনে=থাংজিং চিঙদগী মানবনি। নোংয়াম্ব পুঙপু থোন-ও খুমনগী তাঙ্গুনবদা লেপ্পবা লৈপুঙ খোল্লো । ১৭ ॥

---

"পাথৌ হৈরেম কাংপিশু অংথৌপা-ও মঙকি ব্রাম্বরা নাশা ওইরাপ শুঙ, তাঙচা লুরেংতোন পুখিরাপাশুঙ, নোংয়াম্ব খুমু ইঙ্কচাংপু থাঙই লৈরোন চন্না মান্ লেম লৈকুপ শিপি-ও" হায়না পাওমেনলাপাতা নোংয়াম্ব চাখা মোইরেমপানা "হৈরেম নাপ্ লম খুনচান নারমখেনে তিনমেন নাখুৎশুপু হান্না ফেন্লক-ও" হায়না পাওমেনপাপু হৈরেম কাংপিশুনা পাওথুমখি-এ - "হৈরেম ইপন লমনিকুম নোংয়াম্ব নঙনা ছু.য়ম লানশিঙনারা-এ, তিনমেন নাখুৎশুপু হান্না ফেনলক-ও" হায়না পাওমেন্লাপাতা নোংয়াম্ব চাখামোইরেমপানা লাপা কপলাক শেংশৌনা, খুংপাক তিনলাই মেম্ তিনমেন খাঙতপ পাম্ব, লানম্বিৎ কোরি হৌ, নিপা পুকচেন্ মাতোন লোমনা তিনমেন ছুঙশোন লৈনা ফেনাখপাপু হৈরেম কাংপিশু আথৌপাতি অাচোং কন্না নিংখম মাঙলৌ তুংলৌকা শোয়রেন ফুমপি তুরে। হৈরেম কাংপিনৌ আথৌপানা "পাথৌ নোংয়ম্ব চাখা মোইরেমপা-ও, হান্নেং তিনমেন নাখুৎশুনা পানএ হায়কানৌ। নিংখম মাঙলৌ তুংলৌ কা শোয়রেন ফুমম্বি তুপানে" হায়না পাওমেনলাপাতা "পাথৌ নোংয়াম্ব চাখামোইরেমপা ও নঙপু ব্রাম্বরা ইশানে, ছুইরেন ইরান ওইরাপানে।" ॥ ১৮ ॥

---

পাথৌ=ইতাও, মরুপ। ব্রাম্বরা নাশা ওইরপশুঙ=লান্দা নঙনা ভগ্নবশু। তাঙচা লুরংতোন পুখিরাপাশুঙ=ইঙক পুখিল্লবশু। থাঙই লৈরোনচন্না=লৈপাক্ত ফুমতুনা। মানলেম লৈকুপ শিপি-ও=কুপশিন-বিরম্মু। হৈরেম নাপনলম=নংগী নরমদমনি। ফেনলক-ও=লংঙকউ। হৈরেম ইপন লমনিকুম=হৈরেম ঐগী লমদদা। লনশিংনারা এ=লানলাকপনি। লাপা কপলাক শেংশৌনা=নিপা থোকপা ফিরেপ

সেপতুনা। খুৎপাক তিনলাইমেন=খুত্তা তিন থাক্তুনা। মানখিৎ কোম্নি হৌ=মখিৎ ভাংশং ভাভনা। নিপা পুকচেন মাতোনলোমু= অরৈবি থৌনা পুখোক্তুনা। তিনমেন হুংশোন লৈনা—তা উরু উরু ভংবখি লৈতুনা। ফেনখিপাপু=লংখিববু। আচোং কম্না=কম্না চোংবদা। নিংখম মাভলৌ তুংলৌনা=নিংখম্না লৌদুনা। শোয়রেন ফুমপি তুরে= মানথুরে। হুরেন ইয়ান ওইরাপানে=এৗনা ভম্নপোৎনি।। ১৮ ।।

---

"নাশানৌ লৈমা নামোইখামপিনা কোরৌ নুমিৎ থুদিং কপ্‌পাপু তানিংতে, থিংলৌ নিভনা তেখি-ও" হায়না পাওমেনপাপু হোয়্যাতানা "পাথৌ বায়রা নাশানে হায়সা খভলে। তাভচা এৗকি লু্‌রনতোন্‌পু পুখিরাপাত্ত শমু এৗকি ইহকচাংপু শারেন খাভচি চেম্না পামেন উঁফে থক্তা শাচানাপাপু চেনহ নপিকুনো। নভনা থ'ভই লৈলোন চনতারাপাতি কোরৌ নুমিৎ তারুকনি শুরাপাকা চাখামোইরেমপা তাভচা খোভখুন লিরকও" হায়না পাওমেনলাপাতা হৈরেম কাংপিশু আথৌপানা তিনমেন মাখুৎশুপ খুৎপাক তিনলাই মেন লাপা কপলাক শেংশৌনা মানলং চৈরোম্ননানা ফেনখিপাতি নোংয়ায় চাখামোইরেমপাকি ফৈরা তানপুম আনিমাপু য়ুংনা পান এ হায়তাপারা। হৈরেম কাংপিনৌনা— "নোংয়ায় চাখা মোইরেমপা, তিনমেন ইখুৎশুনা ফৈরা তানপুম অনিমা তুনা পানপা অশিপু আমন খমলৈ কুমলোই-এ তিনমেন নাখুৎশুনা মালেম লৈতা শৌনা নারেন লোনয়ুম য়ায়পু ইনতানখি-ও। তানলোয় নভকি নাকুমপি, লুমলেন আচানপি লৈমা নামোইখাম্পিপু আনা লাইকননাহানলু-ও" হায়না পাওমেনপাপু নোংয়ায় চাখামোই- রেমপানা—"এৗতি ইরাম ওনতেয়োই-এ, থৌনাও লোনথেক লেন্‌না, লুরক কাংতে থৌপাপু মাথিফাপি-ও। লোইপি ক্বাক, আমুপানা থাংচি লৈতোই চেন,, পামেন উঁফে তোংনা শারেন হিংশোই শারপাপু শোংকি-এ" ।। ১৯ ।।

নাশালৌ=নঙগী মুপী, ননাও ইবেম্মা। খিংলৌ নিঙনা তেম্বি-ও=থুনা হননো। পাখৌ=ইতাও। বাম্বরা নাশানে=নঙনা ভম্লপোৎলি লুরেনতোনপু=ইঙকপু। শমু=হকচাং। শারেন থাঙচি চেম্মা=শদুম চেন্দুনা। পামেন=উ। শা চানাপাণু=ডানবু। থাওই লৈরোন চনতারাশাতি=ফুমজিনবিদ্রবদি। খোঙখুনলিয়ক-ও=থিবিরকউ। মানলং চৈরোয়নানা=মুংশিংকা লোয়ননা। ফেনখিপাতি=লংখিপাতি। আমন খমলৈ কুমলোই-এ শিরোই। তিনমেন নাখুৎশুনা=পায়রিবাতা অদুনা। লোনয়ুম ম্লাম্পু=নয়ুমদা। ইনতানখি-ও=চংম্রো। লুমজেন আচানপি=নঙগী মুপীবু। ওনতেরোই-এ=হল্লরোই। খৌনাও লোনখোঙ=ইঙক। লুরক কাংতৈ থীপাপু=হাৎপাবু। থাংচি লৈজোম্ম চেন=শতুম চেন্দুনা। শারেন হিংশোম্ম শম্পাপু=শেৎতুনা চাবদো। শোংকি-এ=কিজে। ১৯॥

---

হায়না পাওমেনলাপাতা হৈরেম কাংপিনৌনা লুরক কাংতৈ থী, খৌনাও লোনখোঙ লেন-এ। তৌথোপ খনখংনা লানলু পোনচেং হাম্বা মারান ওস্তেখিরে। নোংয়াম চাখামোইরেম্পাকি শামু মাহাকচাংতি লোইপি ক্ক আমুপানা সারেন থাংচ চেন পামেন উফ থক্তা তোংনা শা চানারে। লৈম নামোইখামপিতি ব্রাংলৈ খোমহাননা তারা চাখোপ শেমনা লমলেন উচিত্রা খোইতেংপানতা কোরৌ থোইনা মেং, থংলেন মচা নোংয়াম চাখামোইরেংঙমপাপু মলন ওনতেলকতারে, "বাম্বরা মিশা ওই, হুয়েন মীরান ওইরাপারা, মোইমরাই লাইরেন তাওতনপাপু মাতাং তেনলকলে, লানশোক শৈনাইরাপারা" হায়না থুৎপাক লাইখন শা খুনিং মোইতোন কাঙনা মিৎয়েং শানখৈখি এ হায়তাপারা। নোংয়াম্ব শিঙচা ব্রাইঞোয়পা, আতোন মেনলাও থৌচৎপা, লমজেন ইকোপ লাইপন শোম্পু মাতেনানা থমলান ইথে শমনা লেমলৈ তামারু পাশিংতা লৈমা নামোইখামপিনা পাওমেনখি-এ। "নোংয়াম ইতুঙাই

অাতোন ইনাও ঙাইপাশিং-ও, নারান নংখোয়না শিংচা রাইকোয়রুপাতি থংলেন নোংয়ায় চাখা মোইবেমপাকা, হেরেম কাঙপিশুকা লমলেন হেরেম মারকশিতা চায়না খোংফেন নাপাপু নাতারকপারা'' হায়না পাওহংপাপু নোংয়ায় শিঙচা রাইকোয়পাশিংনা ॥ ২০ ॥

---

লুরক কাংতে খী=হাত্তুনা। খোনাও লোমখোঙ লেম-এ=মঙক কক্রে। তৌথোপ=তৌ থুগাইরগা শাবা পোলাং। লানলু পোনচেং হাননা=অককপা মাকোকতু পোনলাংদা হানবা। মায়ান ওনতেখিরে =ময়ুমদা হনখ্রে। শাগু মাহুকচাংতি=মশাদি। সারেন থাংচি চেন্না=শাদোং মচেং পুতুনা। শা চানারে=চারে। তারা চাথোপ শেম=চাকপু য়োমতুনা পোলাংদা হানবা। কোয়ৌ থোইনায়েং= সুমিৎ কদাই য়োরবাগ হারনা য়েংনা য়েংনা চৎপা, সুমিৎপু য়েংবা। মালান ওনঃচলকতারে=ময়ুমদা হঙ্কক্রে। জুয়েন মীরান ওইরবরা =মীনা হাংখ্রবরা। য়েঃয়ময়াহ, লাইরেন, তাওতনপা=সুমিৎ। মাতাং তেনলকলে=সুমিৎ তোশিল্লক্রে। লানকোক শৈনাইরাপারা= লান্দমশা শোক্লবরা। থুংপাক লাইথম শা=মথুং থন্দুনা। থুনিং কোইতোন কাও=থুনিং কাংখত্তুনা। মিঙয়েং শানৈখি-এ=য়েংজখি। আতোন য়েনলাঙ খোচংপা=খুমনগী থবক শুরুবশিং। নাতে নানা =হেন্দোক্তুনা। ইমেশমনা=তুরেন লান্দুনা। লেমলৈ=ঙা। ঙানাকপা=ঙা ফাকবা। নোংয়ায় ইভুঙাই=খুমনগী ইবুংশিং। অাতোন=খুমন। ইনাওঙাইপাশিংও=ইপা খোয়। নাতারকপারা= তাবিরকপরা॥ ২০ ॥

---

''লমলেন হেরেম মারকশিতা চায়না খোংফেন্না, মায়োং চুঙকুনা-এ হায়পাপু তা-এ'' হায়না পাওথমখি-এ। নোংয়ায় শিঙচা রাইকোয়পা লেমলৈ ঙাতাকপা মারান লায়া খোচংলুপাকি মরান থেংনা হনরায়রকপা

শিংনা পাওমেনখি-এ — "তে কেকে মোইরামপা চাসু লৈমা নামোই-থামপি-ও, শিঙলেন আরেমপা, লৈরাং আতিংঙা ওইরে। নোংয়াম ইপাচ-আতোন ইয়েনলু নাথংলেন নোংয়ায় চাখামোইরেমপাপু লমলেন হৈরেম মারকশিতা হৈরেম কাংশিগুকি রাম্বরা মাশা ওই, হুয়েন মারান ওইরৌরে। কোরৌ মুনিং চুপ্পা ভাইথমলাকুনো। নারান ওনতেখিরো নাথংলেন নোংয়ায় ভাখাগাইরেমপাকি লাংপন আওন লুক চেঙকুম মানাওতোনকুমপাপু লনশিংপি-ও" হায়না পাওমেনলাপাতা লৈমা নামোইথামপিনা পাওমেনখি এ— "নোংয়ায় তাইয়ম নানাই ওইনা নারান লোনয়ুময়াইতা য়াংকাইচাকে" হায়না নোংয়ায় ইমপুম শেনতা থাওঙা লৈকাইমাপু হাওতানা হুয়েন লাননেকপপু নোংয়ায় কানানা পাওথুমতা খুমন কানানা পাওয়াতে। "নাথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেমপা পানপা কৈতেংলোংকুমপাপু খুমন পুঙতা আনিগুনা লৈতে।" ।। ২১ ।।

---

চায়না থোংফেন্না=লান শোক্লবা। লেখলৈ=ঙা। ভাতাক্রপা=ঙা ফাকবা। মারান লাপনা থৌচংলুপা=লাপ্প থবক শুরুবা। মারান থেঙনা হনব্রাম্বরকপা=ময়ুমদা থেঙনা হল্লকপা। শিঙলেন আরেমপা লৈরাং আতিংঙাপু ওইরে—কাম্নদ্রে। নোংয়ায় ইপাচা, খমন ইয়েনলু =খুমন ঐগায়শী মী। নাথংলেন= নপুরোয়বা। হুয়েন মারান ওইরৌরে=নাদ ওমহৌর। ভাইথমলাকুনো—ভাইকুরনু। নারান ওন্তেখিরো=নয়ুমদা চনখ্রো। লাংপন আওন লুক=চপ, মাম্নবা লম্মান। চেংকুম মানাওতোন কুমপাপু=মতুং তারকপা লম্মন ওইনা, মংহ ওইনা। লনশিংপি-ও=লম্মন থুম্মু। তাইয়ম নানাই ওইনা—নমাই গুম্না। নারান লোনয়ুময়াইতা=নয়ুমদা। য়াংকোইচাকে—লৈজগে। নোংয়াইয়ুমপুম শেন্তা=খুমনগী য়ুম চিথদনা। লৈকাইমাপু হাওতানা=লৈকাই থুংনা। হুয়েন লাননেকপাপু=লান শোক্লবিয়ু হায়জববু। পাওয়াতে= য়াবিদে।। ২১ ।।

"হৈরেম কাংপিশু আথৌপাপু চায়না খোংফেম্না মারোঙ চুঙফু ঙমলুঃম্নাই।" হায়না পাওমেনলাপাতা লৈমা নামোইখামপিতি খুতাং পিক্কম তৈনা নোংম্নায় মানিংথৌ অতোন পুনশিপাতা রাহমলুই-এ "নাতাইরেম নোংম্নায় চাখা মোইরেমপাপু হৈরেম কাংপিশু আথৌপাকি রায়রা মীশা ওই, হুম্নেন মরান ওইরে। নাহান নাতাইরেম নোংম্নায় কোনলোয় মাম্নাথংপু রা কাওপিকুনো।" হায়না কপচারুপাপু নিংথৌ পুক্কিঙ ইরৈচন, নোংম্নায় লৈমাপানা কোনলোয় পাওখুম ঙমতা, তাওচা ইকাইনা লৈমা নামোইখামপি মোমনু নুংঙন মাতৌ ম্নেং পিরেম মাকাঙ হৌ, নোংম্নায় লৈমাপা কোনলোয় শঙকায়নিম্না মিকপনারাপাতা নোংম্নায় খুমন নিংথৌনা - "কেকে মোইরামপা চাম্নু লৈমা নামোই-খামপি-ও নাথংলেন নোংম্নায় চাখা মোইরেমপা তাইম্নম নাইম্নুংচঙ মাকুমপাপু মোংম্নায় পুঙতা অনিশুন লৈতে। খুনচান আথৌপাপু মারোং চুঙফুনা তিনমেন তা চায়নানা লাংপন আওনলুক কুমপাপু লনশিংলু-ও হায়পাপু নোংম্নায় কানানা পাওখুমপিলোই-এ। খোইম্নম মাথৌ থা চিঙঙু লারায়েনপু চেনফাতাপাকি তৌশিকনে। লৈমা নামোইখামপি চিঙঙু নারাইশকনে" হায়না পাওমেন ঙামলাপাতা লৈমা নামোইখামপিতি মুংশি মুংঙন মাতৌ কমপু লৈতানা মারান লোনয়িময় ম্নতা হনরায়খিরে ।। ২২ ।।

---

রাহমনু-এ = হায়জরুই। নাতাইরেম = ননাই। কোলোয় = মপাও, রাঙাং। রাকওপিকুনো = কাওখোকপিগম্নু। লৈমাপানা = নিংথৌনা। কোনলোয় পাওখুম ঙমতা = খুম্ব ঙমদ্রতুনা। মুংঙন মাতৌ ম্নেং = মুংশি মতৌ ম্নেংদুনা। শঙকায়নিম্না = কোম্নুংদা ইলাঙ লাঙনা, মিকপনরাপাতা = কপ্পরতুনা। কেকে মোইরামপা চাম্নু = হে মোইরাং নিঙোল। তাইম্নম = ইনাই। নাইম্নুংচঙ = নুংশিথোইবা। খোইম্নম মাথৌখা = লাইনা তমশ্নবা। চিঙঙু = লাই। মারায়েনপু = নোংদমবু।

চেখফাতপাকি = হেন্দোকপা মাদবনা। চৌশিক্কে = খোকখিবনি ভুংওন মতৌকমপু লৈতানা = অরা মপাওবু ভাইনক্রম লৈতানা। মায়ান নেনমুম মায়ুতা হনবায়খিরে = মায়ুমদা হল্লখি ।। ২২ ।।

---

কংলৈ মাওমাওতা কোরৌ থোইনা য়েংনা মিকপখি-এ — "থংলেন নোংমায় চাখামোইরেমপা-ও, চোয়নৌ সানা কোনফু কায়, মিক্লাং চোইনা কেন থাপা সিকলি তং-এ। তানলোয় নাক্রমপি কোকো খোইরাম্পা চায়ু লৈমা নামোইথামপি ঐনা নোংমায় ইথপুম শেনতা মাওতা লৈকাই হাওতা নোংমায় থুনলক ফাওনা আতোন থুনথা কেয়া ভুয়েন লানলেক লুপাপু নোংমায় কানানা পাওথুমতা, আতোন কানানা পাওয়াতে। নোংমায় লৈমাপা আতোন নিংথৌতাশুও, নোংমায় ঐকি-তামাক লাংপন আওন লুক, চেওকুম মানাওতোন কুমপাপু লনশিংপি-ও হায়না রাকংচাপাশুও, নোংমায় রাকাওরে। আতোন রাজিন ভায়রে। লাহান মোমপু তানলোয় মাক্রমপি ঐনা খোমলেন মঙলাংচানপু খেনা ফাত্তে, কোরৌ আশি শুমিং মাতি হুয়েন লানতাকুনো, হায়পাশুও নোংমায় চিনলেনপা, আতোন নারাংপানে হায়না ভাইনোকনভৈনে। তাইপং মানমং কালালোই, খমকোন লোংলোরোই, হায়ু মাথুং শুও, পুংনাং মানা লেকএ এননা পাওথুমথোক্লাশে হায়পাশুং পাওয়াতাপাকি শিওলেন আরেমপাতানা রায়রা মীপা ওইনা তানলোয় নাক্রমপি ঐপু নোংমায় পুওতা কোরৌ নুমিং চুপ, মানলেম মানা লোয়, তারা চা থংতা, লাইচা ইয়োংতানা হুয়েন লানমেকপাকি" ।। ২৩ ।।

---

কংলৈ = শুমাঙ। কোরৌ থোইনা য়েংনা = মিকপখি-এ = মমায় লোংখতুনা মথুং খাঙতুনা য়প্প। চোয়নৌ সনা কোনফু কায় = পামু রাখল কায়রে। মিকলাং চোয়না কেন, থাপা লিকি তং-এ = মুংশি লিপুন তংলে। শেনতা = শোয়দনা, ঙিখদনা। আতোন থুনথা কেয়া =

খুম্নগী লম মোইনমক, থুন পুম্নমক। লানমেক্‌লুপাপু=লানতৌবিয়ু হায়জরুবাস্‌। লাংপন অাওনলুক=চপ মান্নবা লম্মন। রাকৎচাপাগুও =হঙ্গচবগু। রাকাওরে=কাওবিখ্রে। রানিন্‌ডায়মে=নাকোংদা তাবিনিংদ্রে। খৈনা=য়্যা। নোংয়াম চিনালেনপা=পগুহায়তা হায়বা। অাতোন নারাংপানে=অকন শাশিন্নবানে। ডাইনোকনাডেনে= নোক্লখ্রনি। তাইপং মানলং কাললোই=মপান থোক্লরোই। খম্নকোন লাংলারোই=মুংশিং ফুহল্লরোই। হায়ু মামুংশঙ.=নারে। মুংনাং মানা লেক-এ য়াম্ন চোকথরে। গাও খুমথোক্লশে=হায়খ্রশি। পাওয়াতাপাকি=য়াদবনা। শিঙলেন অারেমপাতা তানা=অল্লেপ্পদা মাঙজদুনা। রায়রা মীশা ওই=মীনা হাংখিদুনা। তানলোই নারুমপি ঐপু=মনাইমুরী ঐবু। নোংয়াম পুঙতা=থুমন লমদমশিদা। মালেম মানালোয়=য়াম্ন চোকথনা। তারা চাথংতা, লাইচা ইয়োংতা= চাদ-থক্কনা। হুয়েন লানমেকপাকি=লম্মন শিংবিয়ু হায়জরুবদা।
॥ ২৩ ॥

---

মোমন্‌ অারা লুইশোন লাং মুংশে পুক্রিং কায়না মিকপ্‌পা অাশিপু থংহেন থরায় নামিরেন শাচিককুম নিঙনাতে, থাপাকুম হনরায়না কোরৌ নোংথাংকোন, মুংলাং কাওথংকোনতা লৈরাপা নঙপু মোমনু মুংঙনপাপু কারমউতারাপানো কনলক-এ" হায়না মিকপখি-এ হায়তাপারা। হায়েং কৌপা মানোং শোয়রাপাতা লৈমা নামোইখামপিতি মাপাম কেকে চাওপা পুঙতা হুয়েন লানমেক্‌লুকে হায়না য়াংলৌ লমতাং শিংখিরে। নোংয়াম চালোয় পুঙপু নাতেনানা, হওপা, য়াংকোইতোমপা মাকাইক্রম, হাওয়েন্‌ য়াংকোই পুঙ, লিকলাই তারোঙপা পারেংকেন, লোকলৌ খোইচু চুম্‌ কেকে ওকনারেন মোইরাং থংনারেন, কেকে নিংথৌখোংপু ঙমওম্লনা লে য়্যা লমশাং ইম্না মোইরাং পুপানরাপু চেনথখিয়ে। মাপাম কেকে চাওপা পুঙ মোইরাং শাংপা

য়ায়তা লৈকাই খুনথোঙ নিপানমাপু কেকে খুনথককফাও, মোইরাং খুনখা কেন, লৈকাই পানশাং শেনতা, খাঙভা ইমপুম হাঙতানা লুয়েম লানেনেকখি-এ। কেকে সানা চিনপা, ভাংভোই লুপা থেৎপা, উরা পানতুচিয়া নাতুং খোইপা মিকা য়োয়া নারান কংলা থৌকাপা নঙখোয়পু মোমনু কোনলোয় ইয়া থংপু চেংলৌ মিংকুপ মারমতা নাতাপি-ও।"
॥ ২৪ ॥

---

আরা লুই:শানসাং=ৱানা। মুংশি পুক্রিং কায়না মিকপ্পা অশিপু= মুংশি ৱাখল কায়রবা অম্মোয়না তেংথাজরিবাশিবু। থংলেন থারাম নামিরেন=ইবুংঙোগী থরায়মা। শচিককুম নিঙনাতে=কোরৌথক্সি থর নমিচাক শজিককুম্মা অমুক্তদি হন্না। কোরৌ নোংথাংকোন= =স্বর্গদা। মুংলাং কাওখঙকোনতা=লাইরৈপাক্ত। মোমনু=মুপি, ননাইমুবীগী। মুংওনপাপু=মুংগি ইতৌ অশিবু। কৌপা মানোং শোয়রপাতা=নোংঙাল্লবদা। মাংলৌ=লম্মী। লমতাং শিংখিরে= চৎখি। ভমওম্না=হেন্দোকখিত্রনা, ফাওখিত্রনা। লোকয় লমশাং ইন=অশুম চথখিদুনা। মাপাম কেকে চাওপা পুঙ, মোইরাং শাংপা য়ায়তা=মাপাম লমদম মোইরাংদা। মোইরাং খুনখা কেন=মোইরাং খুমথা লোইনমক। লৈকাইপানশঙ শেনত =লৈকাই ১তা চিথদনা। খাংঙা ইমপুম হাঙতানা=য়ুম লোয়নমক। লুয়েন লাম্নেকখি-এ= লম্মন শিংবিয়ু হায়রুই। উরা পানতু চিনপা—ফম্নাইবশিংনা উরেকশেক থেৎপা। নাতুং খোইপা মীকা য়োমনা=মতুংদা মীয়াম ইন্দুনা। চেংলৌ মিংকুপ মারমত=ভাইহাক্তা। নাতাপি-ও=তাবিয়ুবা ॥ ২৪ ॥

---

মোমনু ঐপু নামোমলোন, কেকে মোইরামপা চানু লৈমা নামোইখামম্পিনে। কেকে নঙখোয়কি শেনলৈভাই, মোইরাং পাইলৈভাইপা থংলেন নোংয়ায় চাখামোইরেমপাপু হৈরেম কাংপিনৌ

আখোঁপানা য়ায়রা মাশা ওই, হুয়েন মারান ওইরে। লাংপন্ আওন লুক চেঙকুম মানাওতোনকুমপাপু লনশিংপি-ও। ইপাম কেকে চাওপা পুঙতা তাইয়ম নানাই ওইনা য়াংকোইচাকে” হায়না য়াহমপাপু কেকে মাপা ঙাই, ঙাংঙোই মাপন ঙাইপা উরা পানতু চিনপাশিংনা “ইথোঁম লৈমা নামোইথামপি-ও, হেরেম কাংপিন্তু আখোঁপা হায়পাতি পানপা কৈচেংলাংকুম এ হায়না কেকে পুঙতা য়াংলেন পুঙচাও মিনকুমনানা তা-এ। কানানা মারাং চুঙফুনা তিনমেন তা চায়না কাপানো। নাথংলেন নোংয়ায় চাখামোইরেমপা হায়পাশুঙ নোংয়ায় লমকেং-এ হায়বা নংতাপরা” হায়না পাওথুমঙাম-এ। উরা মতেঙাই ঙানখম মানাও ঙাইপাশিংনা “কেকে মোইরামপা চানু লৈমা নামোইথামপি-ও, ঙাংঙোই চাপাখং লৈকাই খুনথোঙ নিপানমাকি কোনখাং সানা চিন্পা ঙাংঙোই লুপা থেংপা, উরা পানতু চিনপা ইথোঁয়পু মমতা লুন্না নোংয়ায় পুঙতা নুচা পুক্লিং মাতুং ইন্না য়াংকোই চাপাতি শিংলেন আরেমপা, লৈরাং আতিংঙানে।” ॥ ২৫ ॥

---

নামোমলোন=নচানুপি। শেন্দলেঙাই=নশেন ওইবা। পাইলৈঙাই=নবাই ওইবা। য়ায়রা মশা ওই, হুয়েন মারন ওইরে=লান্দ ভমগ্রে। লাংপন আওনলুক=চা মান্নবা লম্মন। চেঙকুম মানাওতোনকুমপাপু=মতুং তাবা ওইনা হেক থংনবা ওইনা, মহে ওইনা লম্মনশিংবা। ইপাম কেকে চাওপা পুঙতা=ইপাম লমদম মোইরাংদা। য়াংকোইচাকে মৈজাগে, লেঙ্গাগে। য়াহমপাপু=হায়জবদু। কেকে মাপাঙাই, ঙাংঙোই মাপন্ঙাই=মোইরাংগী মপা-মপনশিং। উরা পান্তু চিনপাশিংনা=ফম্বাইরবশিং ফমথোনগী মতুং ইন্না উরেকশেক (উরাক্কী মতু) চিন্নবশিং। য়াংলেন=পুং। চাপাখং=পাখং। কোনখাং=সনা। নমতা হুন্না=হুনোকভুনা ॥ ২৫ ॥

কেকে পোকপা শোরারেন, খোইমোম লাংপুম আরিপা চিত্তু ফকতোম ফমপা, থংচিং কোইরেন নিংখৌনা খোয়মা নম্মুক্নানা পাওমেনখি-এ" হায়না ভাইনোক ভামপাশুভ য়াও-এ। "কেকে মোইরামপা চানু লৈমা নামোইখামপি এতি থংলেন, নোংয়ায় চাখা-মোইরেমপাকি তামক্‌পু হুমেন লাঙ্গেকচাকে লাকপাতি কুমচিং মায়মু খোক্না তাঙচা ইকাই নংপাতুম খোক্লে।" হায়না পিরেম চাইচি মায়াও হৌ, গুৎতাং পিফম তৈনা মায়ান ওনথেরকপাতা মোইরাং পুপানরাপ হেন্না কেকে নিংখৌখোংপু মৌরাপাতা লৈকাই থাওভা নিংভোনপি, চানা নাকাশেৎনা চাভান লৈতিভ হৌ, নামু মী তিনভাম-এ। নাকোই থাভেনকৎ, তারেং পুভমাই চোন্না হুমতাং লেংমায় হান, রাচেৎ কৈচি লাক, চানা ইপু থাংনা তায়া চানৈ ভাম, শায়েন শানৈ ভামপাতি লৈমা নামোইখামপিনা। "হে ইতাখোয় য়ুমচিন চাকো নাগেং তাওপা', 'মোংপা ইমচিনচন্‌পা শাইখোং ইথা য়ৈ, কাপতু হুইকাথানা, শাইনোন ইথা য়ৈপা আশিপু থংলেন নোংয়ায় চাখামোই-রেমপাকি চেংলৌ শকপানখোং, পুনুং লেপ্পানখোং, কোরি মাপোম খোং, খাচাই নাকলৌশিন্‌পু কারম মান্‌পানো, কোনলোয় মায়িং খোংশুভ কারি কৌপানো" পাওহংপাপু "কেকে মোইরামপা চানু নভতি করম চেংলৌ শক খভতাপানো।" ॥ ২৬ ॥

---

কেকে পোকপা শোরারেন=মোইরাংবু শেপ্পীরকপা লাই। খোইমোম লাংপুম আরিপা=থাইদগী হানবা লাই, থাংজিং লাই। চিত্তু ফকতোমফমপা=থাংজিং লাই। খোয়মা নমমুকনানা=তুংগইনবিদুনা শাওদুনা। পাওমেনখি-এ হায়ইবান। ভাইনোকভামপাশুভ=নোক্রবশু। মোইরামপা চানু=মোইরাং নিংভোন। থংলেন=ইপুরোইবা। কুমচিং মায়মু খোক্‌না=ইমায় মুশুক হুনা। তাঙচা ইকাই নংপাতুম খোক্লে=ইকাইবতুম নংলে। পিরেম চায়চি মায়াও

হৌ=মপিতানা। থুত্তাং পিফম তৈনা=মথুৎনা মপি তৈথোকচত্নুা। মারান ওনত্তেরকপাতা=ময়ুমদা হল্লকপাদা। লৈকাই থাঙভা নিংঙ্গোনপি=লৈকাইগী মুদীশিংনা চানা নাকা শেৎনা=ই হাম্মৎপা ই অঙ্কবদগী ফত্তবা হাপু লৌথাকপা। চাঙান লৈতিং হৌ=ইনা শাইচেনবা হৌবা। নামু=মী মীতিনভাম-এ=মী ময়াম পুল্লম্বি। নাকোই খাঙেনকং=য়ুম কুপ্পদা লোয়খাঙ মপা হেনগৎলবা। তারেঙ পুঙম'ঙ্ক চোন=ইকুপ্পদা খাঙভবু মপাদা পোমখৎহনবা (ছাতিন মওং)। হুমতাং লেংমায় য়ান=হুমদাং পরেং শানা য়ানবদা। রাচৎ ফৈচে লাক=রাচেৎ ফৈনা হাপতুনা চানা ইপু থাংনা=ইনা য়ুম কুপতুনা। তারা চানৈ ভাম শারেন শানৈভামপাতা=চাক চানারম্বদা। য়ুমচিনচাকো মারেং তাওপা=য়ুমজিন অকোয়বদা। মোংপা ইমচিন চেনপা= শাইচেনবা। শাইখাঙ শিংচেপ য়ৈ, কাপতু হুইকা থানা=শাইখাঙ য়ৈবা। শাইনোন ইথ য়ৈপা=শাই ককতুনা য়ৈখৎপা। চেংলৌ=শক। শকপানথোং=মশাঙৌনা। পুন্নুং লেপ্পানথোং=মানবা। কোরী নাপোম থোং=চুবা। খাচ ই নাকলৌশিনপু=খাজাই তাহবু ॥ ২৬ ॥

---

নাথংলেন নোংয়ায় চাখামোইরেমপাকি মাশানৌ, পনখৌ পামাচা নোংয়ায় শিকোং লানহাপাতি অশি নত্তাপারা হায়না পাওতাকলাপাতা লেমা নামোইখামবিনা পিরেম খকমাতানা রাহমলু-এ শানৌ শিকোং লানহাপা-ও, নাশাপি নোংমায় চাখামোইরেমপা থংলেন নোংমায় চাখামোইরেমপাকি মাশানৌ পনলম পিমাচানে হায়পা নাতৈরেমা কেকে মোইর মপা চান্নু এন চেংলৌ শক খঙতাপাকি ইপাম কেকে চাওপা পুঙপু য়ৌনা হুয়েন লাননেকপাপু মোমনু অরা হুইরাংশেম্না ইলান ওনতে লক-এ। নাশাপি নোংমায় চাখা মোইরেমপাপু হৈরেম কাংপিশুকি লমলেন হৈরেম মরকশিতা চায়না খোংফেন্না তিনমেন তা চান্নাপাপু রায়লা মাশা ওই, হুয়েন মালান ওইখিরে। নাশাপি কিতামাকপু লাংপন অানলুক কুমপাপু লমশিংপি-ও" হায়না

রাহমলাপাত্ত নোংয়ায় শিকোং লনহাপানা মাতৈ লৈমা নামোইথ মপিপু কোনম্নায় মায়াথাংনা পাওমেনখি-এ। মশাপি নোংয়াগী চাখা-মোইরেমপাকি কোনশংবা মাখিংতানা ইমচিন চাকো নারেং থক্কি মলেম লৈতা চোংথারক্লে। য়াইপি মাহুং হৌ, তিনলাং মাখোয় শাও য়ারেন খোংখৈ চিক, শায়েঙ পানপু তিং, ফৈরা মাতান খিঙনা পাওমেনখি-এ —'শাপি ইতৈরবা লৈমা নামোইথামপি-ও। শাপি নোংয়ায় চাখা মোইরেমপাপু হৈরম কাংপিনৌ আথৌপাকি রায়বা মীপা ওই, ছ্য়েন মীরান ওইবে হয়পাপুনা তা-এ। শপিকিতামকপু কারোঙ থুৎথুমকে, চেঙকুম মানাওতোনকুমপাপু লনশিংকে" হায়না ॥ ২৭ ॥

---

মাশানৌ = মনাওনিপা। পনখৌ পামচা = ইপা অমনা পোকপা, পোকমিন্নবা। নৎতাপারা = নত্রা? পাওতাকলাপাত = হায়রাবদা। পিরেম থকমাতনা = পি শিন্থত্নুা। রাহমলু এ = হায়জরুই। নাশাবি = নয়াপ্ন। পনলেম শিমাচানে = ইং। অমতনা পোকপানি ॥ চেংলৌ — শক। আব্রা হুইরাংশোগ্না = য়ায়্ন রানা। ইলান ওত্তলক-এ = হম্লক্রবনি। ইমচিন চাকো নারেং থক্কি = যুমথক্রুপী। য়াইপি মাহুং হৌ = থরায় য়াম্না মুঙাইতানা। তিনলাং মাখোয় শাও = খোয়দৌ চাক্লা। য়ারেন খোংখৈচিক = মম্না ক্র ক ক্রক চিকতুনা। শায়েঙ পানপু তিং = মপাম্বোম তিংতুনা। ফৈরা মাতান খিঙনা = মখাও থীন্দুনা। পাওমেনখি-এ = হায়রকই। হ্যেন মীরান ওইরে = মীনা ওমখ্র। না-তা-এ = তারে। শাপিকিতামকপু = ইয়ান্গীদমক। কারোঙ থুৎথুমকে = লম্বনশিংগে। চেঙকুম মানাওতানকুমপাপু লনশিংকে = মথংগী লম্মন থুম্লগে ॥ ২৭ ॥

---

মাতৈরমা লৈমা নামোইথামপিকা মাশানৌ নোংয়ায় শিকোং লনহাপাকা মাপিঙভাতি য়াংলৌ লমতাং শিৎনা নোংয়ায় চাওপা পুঙ আতোন শাংপা য়ায় মাশাপি চাখামোইরেমপা মারান লোনম্নিম য়ায়তা

ব্রাইথুংলারে হায়জপারা ॥ হায়েং কৌপা মানোং শোয়রাপাকা মাতৈ লৈমা নামোইখামপিনা চাকু তিনলাং লৌ. ইরান খোয়াডৌ ওৎনা তারা চায়োমলে। শংলৌ য়েনয়োমলে। বাংলৈ খোমহান্‌-এ। মাশানৌ নোংয়ায় শিকোং লনহাপাকিতামাক মাথংলেনকি চারে মাইনফি য়াব্রা পুচাও মাখাখা, লাংচন পুরিতুনা লীরৌপা চৈল ফিথুৎশা মানলৌ নিংখিপাপু য়াব্রা পুচাও মাথোঙ হাংনা. মাশানৌ নোংয়ায় শিকোং লনহাপাপু লানপোৎ চৈরে মাকা ফোংনা শাঙতিং লনাইল খেমহান-লাপাত, মাশানৌ শিকোং লানহাপানা তিনমেন মাখুৎশু, মারোং ওকতা হুক। মারায় খোঙথপ তৈ, খোঙথপ চেংলৌ মিৎপু ওক্লা হুয়েন লান খৌশাপাশুঙ পাচু-এ। মাতৈ লৈমা নামোইখামপিনা—''শানৌ নোংয়ায় শিকোং লানহাপা-ও হুয়েন লন খৌশাপাশুং পাচু-এ তারা চায়োমপা, বাংলৈ খোমহানপাশুঙ মাহান ফা-এ। বায়লা শনিকিতি শায়াম ফাপা লানপাখংপু পাচু এ উনশি পুক্লিঙ চেৎ-ও'' হায়না ব্রাহমলাপাতা মাশানৌ নোংয়ায় শিকোং লানহাপাতি মারান খৌচৎখিরে ॥ ২৮ ॥

---

মাতৈবেমা=মাতৈমা। মশানৌ মনাও। মপিঙাদি=মব ন্নিদি। য়াংলৌ=লম্বী। লমতাং শিংন=মাকানিমদুনা। আতোন শাংপায়ায়তা =খুমনগী লমদা। মারান লোনয়িন য়ায়ত=মায়ুমদা। ব্রাইথু-লারে য়োরক্লে। কৌপা মানোং শোয়রাপাবা=নোং ওক্লকপাদা। চাকু তিনমাং শৌ=চাক থোংচুনা। ইরান খোয়াতৌ ওৎনা=এঙ্গোংশু খেংচুনা। তারা=চাক। চায়োমলে=চাক য়োমলে। চারৈ=ফি। মাইনফি=ইনফি। য়াব্রা পুচাও মাখাখা=লুবাক, ফিঙারুক মনুংদা হাপতুনা। লাংচনপুরিতু=পুনশিন্দুনা। লীরৌপা=থমহৌবা। ফিথুৎশা=খুৎনাশাবা। মানলৌ=ফি। য়াব্রা পুচাও মাথোঙ হাংনা =লুবাক চাংদোক্লুনা, ফিঙারুক হাংদোক্লুনা। লানপোৎ চৈরৈ

মাকাফোংনা=লানগী ফিদু পুথোক্নুনা। শঙতিং লানলৈ থেমহান-লাপাতা=কোইয়ৎনচিংবা ফি শেৎহল্লবদা। তিনমেন=তা। মাথুৎশু =পায়দুনা। মাবোং ঙক্ত হুক=ঙক্ত চুঙ হুক্নুনা। মারাম খোঙখপ তৈ=খাঙ থুনা চোংদুনা। খোঙখপ্ চেংলৌ মিৎপু ঙক্না= খোঙজেংহু লেংবদা ঙক্না। পাচু-এ=ময়ম পকচরে। শানিকিতি= ঙমগদবা লানফম। শায়াম ফাপা লানপাখংপু পাচু-এ=শোয়দনা লান ঙমগদবা নিপা মাল্লে॥ ২৮ ।

---

লমলেন হৈরেম নিঙভোন্খোংপু নাইতনানা হৈরেম থল্লাম ইমৈ হেপ্লা হৈরেম শিঙচা য়াইকোয়পা য়েনলাঙ থৌচৎপাশিংতা নোংম্নায় শিকোং লানহাপানা পাওহংখি-এ – "হৈরেম শিঙচা য়াইকাইপাশিং-ও, থুনচান নঙাখায়কি লমকৎপা হৈরেম কাংপিনৌ আখৌপাতি মালান কাতাইলম থৌচৎখিপানো" পাওহংখি এ। থুনচান লেমলৈ ঙানাপাশিংনা হৈরেম কাংশিশু আখৌপাতি নাহাননোং নোংম্নায় চাখা মোইরেমপাকা লমলেম হৈরেম মরকশিতা চায়না খোংফেম্না, মাঙোং চুঙফুনা তিনমেন তা চায়নাইঙতা, নোংম্নায় তিনমেন মাথুৎশুনা নিঙথম মাঙলৌ তুংলৌকা শেয়লেন ফুমপিতুনা চায়না খোংফেন-নাইঙকি মথৈপু হায়ু মাম্নং শঙ, মুংনাং মানা লেক্লে। হৈরেম পুম্না তিম্না থৈরিংলি-এ" হম্লনা পাওপনঙামলাপাকি নোংম্নায় শিকোং লানহাপাতি খোয়পুঙ মারৌ চাওনা তিঙতিকুম নাওশারে। কেয়রৌ মুমিৎচুপ মানালম মানা লেম্লনা য়াম্না পুচাঙ লোন, চকখোম লাংচা লোনতা লৌরি পিরেন শানা কোম্না শানথুপলে। য়েম্নমম্নাক্ত তাওতন্পানা মুমিৎ মায়ুম চঙ, অঙান মানা খোঙলেন খমলাপাতা চুঙলোং মানমখাঙতি তিনমেন্ মাথুৎশুপু খোম্লমা নারোন মুংদা শানথুপলম-এ। নোংম্নায় শিকোং লানহাপাতি হৈরেম ইমলক চঙখিরে।

থুনচান ইময়ায় থায়, পানপা লোইনাই মানিংলোন ফময়ন লোনকোই লানকোয় হৈপা ।। ২৯ ।।

---

লমলেন=লমদম । ন তৈনানা=হেন্দোক্লুনা । শিংচা রাইকে য়পা=শিঙচনবা । লমকেংপা=লমহেনবা । কাতাইলম=কদে মদা । থৌচৎখিপাগে=থবক চৎখিবগে । লেমলৈ=ঙা । ঙানাপাশি ন=ঙা ফাবশিংনা । চায়না খোংফেম্না=লান শোক্লবদা । চায়না ঙৈতা=তা থিমবা মতমদা । নোংয়ায় তিনমেন মাথুৎশুন—মোইরেম্বগী তানা । নিঙখম মাঙলৌ থুংলৌক=নিঙথমদা লৌশিন্দুনা । শেয়রেন ফুমপিতুনা=তুবদা, শোয়ৗ ফুমদা তুবদা । হায়ু মাপুং শঙ=কয়ানদুনা । মুংনাং মানা লেকলে=য়াম্ন শোনজিনখ্রে । মৈরিংলি-এ=অহিং লেক্ল শঙনরি । খোয়পুঙ=রাশ্রনদা । মরৌ চাওনা=লৌ তৌদুনা । তিঙতিকুম নাওশারে=লোৎলে, তিভি কৌবা উচেক্লুম লোৎলে ; কোরৌ নুমিৎ চুপ=মুম্বিতুমা । মানলেম মনা লোয়না=নুমিৎ তাবা মাওবা । য়ারা পুচাও লোন=পুমকুপ কপশিন্না । চকমোম লাংচা-লোনতা=লাংনানা মৈহুম পুমবশুম তাশিন্দুনা । লৌরি পিরেন শানা কোয়া=লৌরি শাবগুম্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা । শানথুপলে=থুপতুনা লৈরে । য়োয়মায়ায়=নুমিৎ । তাওতনপা=নুমিৎ । আঙান মানা থোঙলেন থমলাপাতা=নুমিৎ তাঙ্খবদা । খোয়মা নারোনমুংতা=নারক্তা । শানথুপলম-এ=লোৎশিল্লমই । পানপা লোইনাই ম নিংলোন=কৈগী শাগে ওইবা । ফমলেন লোনকোয় লানকোয় হৈপা=লিৎতুনা চৎখিবা হৈবা ॥ ২৯ ॥

---

চিপা শারাক কন্পা হৌতোঙ ইমতা কমপা লৈরাং মাতম য়ানকুম, হৈরেম ইমল চঙখিরে । য়াংলৌ লমতাং শাং লমপি তুথুপ খুতিংতা হামুন পানপি লেশতম লৈ । নামু পোংশক তমমা শংলৌ থৌরাংলম এ হারক্তাপারা । হৈরেম কাংলিশু আথৌপা য়ারান য়াক্লপু নামু কৌরাম তিম্না চকমোম আমপি মৈরিহজিপা নেমপি শিঙনাং

খাংতেক্তা তাওপা হুইকুমনা কানা থৈকা থুপ্না ইমলেন শাইকং পক্না না তারু-এ। হৈরেম খামপি মৈরিংপানা পাওহংখি-এ "হে নোংয়ায় চাখামোইরেমপা তাংচা লুরেনতোন আশিপু খামপি মৈরিং থামখিলে। হায়েং কোয়ৌ নুমিৎমাতি হৈরেম পুম্বা হুপ্না হাওশি মংখিনপা রাংলেন পুত্তহৌপা, শিওপাক পাওহনপা অমন শিথিম্নোংতা থাওরো মংকালানপু ওইনাশে।" হায়না মাশাপি নোংয়ায় চাখামোইরেমপাকি তাওচা লুরেনতোনপু চকমোম খামপি মৈখাম্বা, থিমকাম মানিম্নাই-এ। চেপশি ফৈনা হাইনা পাপমেমপাপু নোংয়ায় শিকোং লানহাপা ইমলেন শাইকং পক্না না তারিপাতি য়ায়পি মনুংহৌ, তিনলাং মাখোয় শাওনা "শাশি নোংয়ায় চাখামোইরেমপাকি তাওচা লুরেনতোন আশিপু লানলু চেনম্নাকে হায়পাশুও হৈরেম খামপি মৈরিংপা আশিপু নামু মীমায় তিনশি-এ" হায়না নিওখনসাপাকি নোংয়ায় শিকোং লানহাপানা হৈরেম ইপাচা, খুনচান ইমেনলু নওখোয়না ॥ ৩০ ॥

---

চিপা শারাক কনপা=উচি ফাবা হৈবা। হৌতোও ইমতা কমপা= য়ুমদা লৈবা হৌদোংগুম। লৈরাং মাতম মানগুম=পাংখক ওইনা। য়াংলৌ লমতাং শাং=লম্মী মাশাং অদুমা। হামুনপানখি লেপতমলৈ= চরোৎনা মপুন-মপুন পুন্দুনা। নমু পোংশক তমনা=মীওয়া শাফুনা। শংলৌ থৌরাং লম-এ=হোৎনরম্বি। চকমোম=মৈ। খামপি=মৈ। মৈরিংলিপা=অনাবা শওলিবা। আয়ানয়ায়পু=মায়ুমদা। মায়ু=মী। নেম্ পিশিওনাং খাওতেকতা=নৎপদা নাশি তেকহনলনা, মখোন থোকহনলনা। তওপা=তুই। কানা=চুম। থৈকা থুপনা=মথৈ তপ নপশিন্দুমা। ইমলেন শাইকং পকমা=ফজাংলা নমুগুম। না-তারু-এ =তাক্লে। খামপি মৈরিংপানা=অনাবা লেকপশিংনা। তাংচা লুরেনতোন আশিপু=মকোক ককপা অশিবু। খামপি মৈরিং থামখিলে =থংবৈ মখোং ওইখিশি। হায়েং কোয়ৌ নুমিৎমাতি=হয়েং মোংবা।

হাওশি মংখিনপা=মংফম তান্না পুবা। ব্রাংলেন=পুঙ। পুঙহৌপা=পুঙ থীনবা, ষ্লেবা। শিংপাক পাওহুনপা=শিঙথাবা। অামন শিথিন্ নোংতা=পোৎলোইশ্বা মতমদা। ক্লাওরৌ মংকাল্লানপু ঙইনাশে=লুখা থানশি, মংগী কোমদা হাপচিনশি। থিনকাম মানিম্নাই-এ=ইলাংলাংনা। চেপ্লি ফৈনা হাইনা=উচানগী মৈ হাইবা। ইমলেন্ শাইকং পকনা=ফক্লাংদা পকশিন্দুমা। লানলু চেনব্রাম্লনাকে=মকোকশি লাক্তুনা চেনগে হারবশু। নিঙখল্লাপাকি=খন্দুনা ॥ ৩০ ॥

---

নামু মী তিনঙামপা আশিপু শাপি ম্লাম্মাপা হৈরেম কাঙপিশুপু হায়ু মাগ্লুং শঙ নুংনাং মানালেকএ হাম্লপাপুনাতাতে শিকোং মারৈপাক্রা শানথুপলাপাকি নাওব্রা ইথুঙেকি হৌনা লৈরাপাক্কি শাপি ইতৈ লৈমা নঙতি নাশানৌ ঐপু চেংলৌ শক খঙলিরোই। পনাখৌ পাম্নাচানে।" হায়না ব্রাহমলাপতা মাশাপি মাতে লৈমানা তারা পুৎপুন পী, লাইচা ইম্লোংহানলাপাতা "শাপি ম্লামাপাকি তামাকপু ঐ খাম্নপি মৈরিংকে। হৈরেম ইপাচা, খুনচান ইয়েনলু নঙখোয়তি শাপি ম্লাম্মাপাপু কোরৌ হুমিৎ খুতিং আনা লাইকম্লপাপু আব্রা হুইরাং পোনলিঙেন। হৈরেম ইপাচা নঙখোম্লতি খোমলেন তুমকন ও। ইশ পিকি তামকপু খাম্নপি মৈরিংকে" হায়না ব্রাহমলাপাতা হৈরেম মানিন্ নাইপাতি খোমলেন তুমকনলে। মাশাপি নোংম্লাম্ন চাখামোইরেম্নপাকি তাঙচা লুরেন্তোন, চকখোম খামপি মৈ থাম্লাঙামপাপু চৌলে নাহাংশানা শামু নম্‌তা পোরে। খামপি মৈরিংপা আনিতংপু লামলু চেমমাম্ন ফোম্নরে। হৈরেম কংঙপিশু তাঙচা লুরেনতোনশুঙ হাওরা ঙানাকোক শোনলক্লে। শোম্লতিং শোম্লপাই পুমনামাতি ফাক্লে। হৈরেম তাঙচা লুরেনতোনতি শামু ম্লেৎলম পাম্নক্লে। শোম্লতিং শোম্লপাই পুমনামাতি শামু ঙইলম পাম্নক্লে। মাশাপি নোংম্লাম্ন তাঙচা লুরেনতোনতি শামু নমতা পোরপাতা ॥ ৩১ ॥

নামু = মী। তিঙাংমপা — তিন্নিবা। য়ামাপা = ইয়াম্বা। হায়ু মানুংশঙ = কম্মা নীবা। নাওরা = অঙং। ইথুঙৈকি হৌনা = অঙাং ওইরিঙৈদগী। পনথৌ পামাচানে = ইপা অমাতনা পেকপনি। তারা থুংপুন পী = চাক পিজহুনা। লাইচা ইয়োং হন্নপাতা = ঈশিং পিথক্লবদা। ঐ খামপি মৈরিংকে = ঐ অমুক ইয় স্বা শঙগে। আরা হুইরাং শোল্লিঙনে = রাররিনি। খোম:লন তুমকন-ও = তুম্মুরো। ইশাপিকি = ইয়াম্বগী। খামপি মৈরিংকে = শঙ্গে। হৈ:রম মনিন নাইপাতি = অনাবা শঙলম্বা হৈরৈমশিংদি। চকমোম = থাংমৈ। শমু নমতা = মনঙ্গদা। লানলু = মকোক। চোম্মায় ফোইরে = মঙক কল্লে। হাওরা ঙানকোক শোল্লক-এ = ফিগী থাওদা হাপচিনবা। শোইতিং শোয়পাই পুম্মাতি = অতৈশিংহুনা। (অতোপ্পা লাইরিবশিংদা য়েনবী য়েন্নাও হাই)॥ ৩১॥

---

অ:চেন খোঙৈন্ন য়াঙ, হৈ:রম খুনয়ায় খায়, নোংয়ায় শি:কোং লানহাপানা তনপা কোনলোয় মামিং থানা পাও:মনখি-এ— 'নোংয়ায় শিকোং লানতাপা হায়পতি ঐনে। শাপি নোংয়ায় চাখাযোইরেমপাকি লাংপন আঙনলুক, চেঙকুম মানাওতোনকুমপাপু লনশিংলাপানে। হুশাপিতি নমতা পো:রে। হৈ:রম কাংপিনৌকি তংচা লু রন কল্লাপানে" হায়না পাও:মনখি-এ হায়তাপারা। হৈ:রম কাঙপিনৌকি হৈরেম থুল্লক খায়না পাও:মনলাপাতা হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা, চেঙ পানমা তোংপা ইমলক লানতান যৌপানাচিংনা হৈরেম পুম্না হৌ, খুনচান মানিন, নাইনা হুয়েন লানতানলকপাপু নোংয়ায় শিকোং লানহাপাতি খোয়পুঙ মারৌ চাওনা আশায়ঙৈকি হামুন পানপি লেপতম লৈপাতা চৈরৈ ফিনা য়োম্না, নামু পোংশক তয়া নোংয়ায় শিকোং লানহাপাতি খোয়মা নারোনমুংতা শানথুপল্লে। হৈরেম খোংঙা খোঙতেকচা ইমলক লানতান যৌপানা হামুন চারা লেপতম লৈপাপু নামু পোংপু খাচিক-

লাপাক্তি তিনঃমেন মাখুৎশু খৎনং রাইকৌ চিনি লোঙপানা মানলেম লৈফাও তুনা খিনচিন এ। হৈরেম তিনমেন মাখুৎশুপু খোয়মা নারোনমুংকি শৎংথোক্লিঙেতা নোংয়াম্ন শিকোং লানহাপানা খোয়পুঙ মারৌচাওনা শানথুপলিপানা হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচাকি তাঙচা লুরেনতোনশুঙ লানলু চেনফোয়নারক্তে । ৩২ ॥

---

আচেন খোঙলেয়াঙ=কমচেন্দুনা। হৈরেম থুম্যায়খায়=হৈরেমগী থুমক্তা চেনবা। তনপা কোনলোয় মামিং থানা পাওমেনথি-এ= মশক তাকতুনা হায়রকই। লাংপন আওন লুক=চপ মানবা। লনশিংলোপানে=লম্মন শিংরবানে পাওমেনথি-এ=হায়রে। হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা=হৈরেমগী অখৌবা অমা। চৈশু পানমা তোমপা =চৈ পায়বা। ইমলক লানতান খৌপা=লমজেন য়াঙবা। খোয়পুং মারৌ চাওনা=লৌ তৌদুনা। আপাইচকি=ঙপাইগী। হামুনপানপি =চরোৎ পাপি। লেপতম লৈপাতা=মীগুম্না শাবদা। নামু=মী। পোংশক তম্না=মী মান্না শাবা। খোয়মা নারোনংতা=নারক্তা। শানথুপলে=লোৎলে। খাচিক্লাপাকি=মাল্লবগী, ওইরবোই নিংবগী। খৎনং=মচিপানবা তা। রাইকৌ=রাচিগুম্ন ( মচি ২ পানবা )। চিনি লোঙপা=মচি অনি পানবা। মানলেম লৈফাও তুনা=লৈপাক্ত থুম্ন' মিনজিনবা। লানলু চেনফোয়নারকলে=চেনকক্, ককপা। ॥ ৩২ ॥

---

নোংয়াম্ন শিকোং লানহাপানা পাওমনলম-এ - "হৈরেম নঙথায়কি খোঙঙা খোঙতেকচা ইমলক লানতান খৌপাতি তাঙচা লুরেনতোনশুঙ ককপানে। মায়িম হৈরেম মানিন্, নাইপা থুনচানতানা তাপাশিংও, হৈরেম নঙথোয়কি কাঙপিশু আখৌপা তাঙচা লুরেন্তোক্তি, শাপি নোংয়াম্ন চোনাগোইরেপপাকি হাওপি মংতিনমংতা য়াংলৌ

মংকাল্লানপু ওইনাক্লে। হৌরেম খোঙডা খোঙতেকচা, ইমলক লানতান খৌপাকি ভাঙচা লুরেনতোনতি কংলা লানপাও তম্লা শ্লেনপঙ হুইরোয় চন, লাকথা লানমিং থানাকে। খামপি মৈরিংনাভামপা ২তংকি তাঙচা লুরেন্তোনকা, শোইতিং শোইপাই পুম্লামতি শাপি ইতে-লৈমা কেকে মোইরামপা চানু লৈমা নামোইখামপিতা লমওক্লাক্লকে'' হায়না পাওয়েমলম-এ হায়তাপারা। আশাইভেকি চুঙলোং মানমখাঙ, তিনমেন মাখুৎশু শুঙ খোয়মা নারোনমুংতা শানথুপল পাপু মারাং চেনরায়নানা মারান ওনতেরক্লে হায়তাপারা। হৌরেম মানিন নাইপাতি থিংলৌ নিঙনা তেনা মারান ওনতেখিরে। নোংয়াম্ব শিংকাং লানহাপাতি য়াংলৌ লমতাং শিৎনা নোংয়ায় মাপুঙম্বাক্লপু ইনতানলক্লে হায়তাপারা। মাতৈ লৈমা নামোইখামপিতি কোরৌ থোইনা য়েং রাঙপন পাংনা য়েংনা ''শানৌ শিকোং লানহাপাপু ইমুং কৌপা চিংনুং শেম্বরকলে, রায়রা মীশা ওই, হুয়েন মীলান ওইরাপারা হায়না॥ ৩৩ ॥

---

খোঙডা খোঙতেকচা=অথৌবা অমা। ইমলক লানতান থৌপাকি= থুল্লক কন্নতাম্লকপা। তাঙচা=মংকাক। হৌরেম মানিন নাইপা= হৌরেম মীয়ামমা। থুনচানতানা তাপাশিং-ও=থুনচান পুম্নমক। শাপি=ইয়াম্বা। হাওশি মংথিননোংতা=মংফমদা, মংদা পুরদা। য়াংলৌ=লম্বী। মংকাম্লানপু ওইনাকে=লুখা থানাগে, মংদা মখা থাবা শরু। কংলা লানপাও তম্লা=লান ওম্নকপাগী কংলোদা রারি তৌবা, ল ইদা কংপা। শ্লেনপঙ হুইরোইচন=লানলু চন্দুনা, মথম্বক মমি খোমজিন্দুনা লোই চনবা। লাকথা লানমিং থানাকে=লাইগী পাওদম ওইনগে। মৈরিংনাভামপা=অনাবা শঙলম্বা। শোইতিং শোইপাই=অতৈ অতৈ। লমওকনাক্লকে=পীক্লগে। চুঙলোং মানমখাঙ =মনমদা পোবা চুঙ। খোয়মা নারোনমুংতা=নাম্বক। চেনরাম্বনানা

=থুনা লৌদুনা। ওনতেরক্লে হল্লক্লে। মিঙনা তেমা=অমায় লৈদুনা, হনখিবা। ইতানলক্লে=য়ৌরক্লে। কোয়ৌ খোইনা য়েং=মুমিৎ য়েংদুনা। খাংপন পাংনা য়েংনা য়েংনা=নোংথক্ত য়েংদুনা, মুমিৎ কদাই য়ৌরবনো হায়না॥ ৩৩ ॥

---

য়াংলৌ লমখাওমাতা ভাইখমখি-এ। মশানৌ শিকোং লানহাপাতি খোমলেন তুমকনতা, মীয়েং নাওশুমতানা, কৌপা মানোং শোয়, য়ে'য়মায়ায় মাতাংকানা কৌপা মানোং শোয়রাপাতা মালান ওক্তেক মাচিং হনব্রায়রকল পাপু মিংয়েং শান'থলা. চেংলৌ মিৎথিৎলাপাতা শানৌ শিকোং লানহাপ', শায় পুৎতা পায়পা আতুপু শংলৌরা য়েনপুনলা, খুত্তাপলা; ভাইলনলা, নেমপি শোইপোনলা, শাতুও শাঙাঙলা, শায়ু লৈরাংলা", হায়না পাওমেনভাম-এ। 'শাপি ইতে লৈমা নাশানৌ নোংয়ায় শিংকোং লানহ'পানা শাপি নাংয়ায় চাখামোইরেমপা তাঙচা লুয়েনতেন, শিচনৌ লাকযেই, লৈরাং আতিংঙাপু মাতে লৈমা নামোইখামপিত্তা চারে নাহোং শামা রাইথুংলারে হায়তাপারা। লৈমা নামোইখামপিনা মথংলেন নোংয়ায় চাখামোইরেমপা তাঙচা লুয়েনতেন লৈরাং আতিংঙাপু ফৈরা তানতা খোংনা মীকপনি-এ। "নাহানোং মমাগু তনমোয় নারুপপি এক্লি খোমলেন মঙলাংচানপু থৈনা ফত্তে। আশি কোরৌ মুমিৎমাতি নালান পৌচহল কুনা হারনা থৌখামপাপু র চামাইকিতি রাম্বরা মীণা ওই হুয়েন মীরান ওইরোই" হায়না মীকপলাপাতা মাতে লৈমাতি মাল্লান লোনয়ুময়াকতা হনব্রায়রকলে। মাশাপি নোংয়ায় চাখা মোইরেমপাকি তাঙচা লুয়েনতোনতি, কোয়ৌ মুমিৎ তারুকনিতং আমন থাওলেন চনলে হায়তাপারা॥ ৩৪ ॥

---

য়াংলৌ লমখাওমাতা—লমদা। ভাইখমখি এ=ভাইদুনা লৈখি। খোমলেন তুমকনতা=অরিং তুম্না তুম্লকনা। মিয়েং নাওশুমতানা=

মিৎ কক্না ময়তা উইদনা। ম্লোয়মম্লায় মাতাং কানা=খুমিৎ চিংখৈ হুম্লক্দুনা। কৌপা মানোং শোয়রাপাতা=নোংঙাল্লক্‌বদা। মিৎল্লেং শানৈখরা=ম্লেংলবদা। চেংলৌ মিৎ খিৎলাপাতা=উরবদা। শংল্লৌরা =এঙ্খাংলা। য়েনপুনলা=এঙ্খাং মপুল্ল। খুতাপলা=খুৎনা পাক্লবা এঙ্খাংলা। ঙাইনলা=ঙা অচৌবারা (বু হৈ অশি খুৎনা পায়রিপোত্তু পোৎ ১ মানক্তী বু নি)। নেমপি=শিঙনাং। নেংপি শোইপোনলা= নাপি মরক্তী ফারকপা শোইবোল্লা। শাতুঙ=য়াম্ন শিংবা অপিকপা শা অমা। শাম্নু লৈরাং=শা মখল ১। শিনৌলাবামোই=লৈমন= চল্লবা, থত্নায় য়াওব্রবা। লৈরাং অতিংঙা=চিন্নদ্রবা লৈ, অংঙম্‌ হুকচাং। রাইখুংনুরে=পিকুরে। ফৈয়াতানতা থোংনা=মতমপাক্তা পমদুন। ঈনা=য়াম্না। রাচানাইবিতি=য়াবিরম্নবদি। অমন খাঙলেন চনলে=অশিবা মকোক্তু থম্না॥ ৩৪॥

---

নোংয়াম্ন শিকোং লানহৎপানা হৈরেম তাঙচা লুরেনতোন আহুমপু শামু মুখা শুনা কংলা তোংলৈয়াংতা মারান থোকারক্লে। "নোংয়াম্ন ইনিংথৌ নিতাপা-ও। নাতাইরেম নোংয়াম্ন চাখামোইরেমপা মাশানৌ শিকোং লানহৎপা হায়পাতি ঐ.ন। শাপিকি লংপন আওনলুক, চেঙকুম মানাওতোন কুমপাপু লনশিংনুরে। হৈরেম থোঙঙা থোঙতেক-চাকি তাঙচা লুরেনতোন অশিকা, চকমোম খমপি মৈরিংলিপা অনিমাকি তঙচা লুরেনতোন অশিকা হৈরেম লানলু আহুম মাতি অশিনে। হৈরেম কাংপিশু আথৌপাকি তাঙচা লুরেনতোনতি নাতাইরেম নোংয়াম্ন চাখামোইরেমপাকি তাংচা লুরেনতোননিকুম আমন খাঙলেন চনা হাওশি মংখিননোংতা হৈরেম কাংপিশু আথৌপাপু নোংয়াম্ন ইপাকী হাওশি মংখিনপি-ও হায়রাপাতা রাংলেন পুঙহৌরে। হৈরেম কাংপিশু তাঙচা লুরেনতোনতি হুয়েন মংকালানপু ওইনারে। নোংয়াম্ন আতোনতানা তাপা খাথা মারাঙ হৌ, লাইথা মানিম্লাই কংলা কানখাং

থম্না য়াকাপা পুমনা মানা পাম্লমা ইরৈচন তাংচা মাক্ল লুক্লা নোংমায় শিকোং লানহাপা চেংলৌ শকক্লা য়েংনা শোংকিনা-এ হায়তাপারা। নোংময় খুমন নিংথৌ আংতান লৈমাপানা — "তাইম্নম শিকোং লানহাপা নঙপু লৈরিপাতি ॥ ৩৫ ॥

---

শুনা=পায়দুনা। কংলা তোংলৈয়াঙতা=কংলাদা। নাতাইরেম= নানাই। লাংপন আওন লুক=চপ মান্নবা। চেঙকুম মানাওতোন কুমপা=মানা তৌজক্লবগী মহৈ, হেক মথংগী ওইবা লম্মন। খামপি হৈরিংপা=অনাবা শঙবা, য়ায়রেক্লপা। লানলু=মকোক। লুরেন- তোননিকুম=মকোক্তৌনা। আমন খাঙলেন চন্না=থমখিন্নদুনা। হাওশি মংখিন নোংতা=মংদা ফুম্না মতমদা। ব্লাংলেন=পুঙ। পুংহৌরে =পুং য়ৈরে। মংকালানপু ওইনালে=লুখা থানারে। খাথা মারাঙ হৌ=খাফম পানাগী অংথৌবশিং। লাইখামানিম্নাই=লাইফম অংথৌবশিং তিন্দুনা। কংলা ফানশাং থম্নায়াকাপা=কংলাদা থম্ন তিল্লবা, মরবার চোল্লবাদা। পাইমা ইরৈচন=ব্লাখন ফুম্বংননা। শোংকিনা-এ= কিনখি। লৈরিপাতি=লৈরবদা ॥ ৩৫ ॥

---

নোংমায় ইমলক চঙ, লুইথৌ ইমময়াহেপনা কানানা পনথেং- লাকাপানো। নোংমায় লৈমাপা এপু পুকনিং আরা কোক্কে। তাইম্নিম নাইনুংচঙ চাখামেইরেমপকি পনথৌ পামাচা, পনলেম পিম্নাচানে হায়পাতি না তাঙামতে। নোংমায় পুঙতা পানপা কৈচেংলাংকুমপা নঙকুমপাপু চৈরৈ ফি পৌনা, তারা চা পিচা পারি লৈরাং মাতম মানকুম্না নাওয়োককে ঙাইখমলি এ" হায়না নোংময় লৈমাপানা কোনলোম্ন মায়াথাংপু চিংশাংখোইরেনহিকুমনা পাওমেনলাপাতা "নোংময় শিকোং লানহাপা-ও" কৌশে হায়না নোংমায় কংলা তোংলৈম্নাঙতা নোংমায় মালিংথৌন চিংমা কংলা ফানশাং থনপা পুম্নামাকা তনপা কোনলোম্ন

মামিং খোনসিলাপাতা নোংয়াম্ন থুমন নিংথৌনা— "তাইয়িম নোংয়ায় শিকোং লানহাপা-ও নাতে লৈমা কেকে মোইরামপা চান্নু লৈমা নামোইখামপিকা তানলোয় খাচিকনা, লুযলেন খাপাংনানা পানযানা-ও" হান্নবা কংলা তোংলৈয়াংতা ব্রারম চৈখে নাইনা ব্রাহমলক-এ হায়তাপারা অশাই ভকি হৈরেম তাংচা লুরেনতোন অহুমমাতি কংলা লানপাওতম য়েনপও হুইরোয় চন, লাকথা লানমিং থানারে। নোংয়ায় মারাঙ হৌ, অাতোন মানিন নাইনা নোংয়াম্ন শিকোং লানহাপা কোনম্নোয় মামিংথোংপু নোংয়ায় পুঙতা ব্রাংলেন পুঙচাও থীন্না না-তারে হায়তাপারা ।। ৩৬ ।।

---

নোংয়াম্ন ইমলক চঙ=থুমন লমদা চঙদুনা। হুইথৌ ইময়া হেপ্পা= থৌনা ফাবা কননা য়ুমলক চংলক্নুনা। পনথেংলাকাপানো=লান্দাবা ঙমজরগবানো। তাইয়িম=ইনাই। নাইনুংচঙ=মুংশিথোইবা। পনখৌগাম চা=নপা অমতানা পোকপা। পনলেম পিম্নাচা=নমা অমতনা পোকপা। নাতাঙামতে=তাদে। পারি লৈরাং মাতম মানকুমনা=ইচানিপাগী পান্দমগু। নাও য়াক্কে=য়োক্কে হায়না। ঙাইথমাল-এ=ঙাইরি। চিংশাং খোইরন হীকুম্না=থোইহিঙম্না, য়াম্না মুংশিবা। পাওমেনলাপাতা=হায়রবদা। তানলোয় খাচিক্না= মুপী ওইনা লৈমিম্নহুনা। লুযসেন খাপাংনানা=য়ুমবানবা ওইনা পানমিম্নহুনা। ব্রারম চৈখে নাইনা=অক্লেপ্প ওইনা। ব্রাহমলক-এ= তাকপিরে। নোংয়ায় মারাঙ হৌ=থুমন পুম্নমক শন্দোকখিহুনা। অাতান মানিম্নাইনা=থুমন পুম্না হায়নহিহুনা। না-তারে=তানগ্রে। ।। ৩৬ ।।

---

নোংয়ার শিকোং লানহাপানা মাতে লৈমা নামোইখামপিকা তানলোয় তু-মুংপি থংলেন ব্রামুংশিপু ওইনা থুমন চারি কুট, ব্রাংঙম

খোঙতোন শাংনা পানমান'রে হায়তাপারা। লমমেন মাতাইমা হৈরেম মারকশিতা নোংমাম চাখাখোইরেমপাকা হৈরেম কাংপিবৌকা চায়না খোংফেম্না, তিনমেন তা-চায়না মারোং চুঙ ফুনাপাপু নোংমায় শিকোং লানহাপা, লনশিংলম-এ লৈমা নামোইথামপি মুংওনশৈ আশিপু রাকমা শৈতোন লোমখিরে। ইরাকমাতি ইমায় নোংনেম লাইনা পাংপারম ইমান কৌপা চিঙথংলা পাংপা লমতা হায়া লাওনা কোনচিনলমকে। হায়িচা হম্লাহে হে লিকলাই-ও।

লাইরিক আশি ইপাতি নাওরিয়া শামনা ই-এ। লাইরিক আশি লোইপাতি নোংমাইচিং মুমিত্তা লোই-এ। চৈতপ-পোৎতপ রাংলাপা, রাকৌপিকুনো। উচা কুরুকি খুম্নাতা ইচাপা লাইরিক্রে। লাংশন থাতা লোই-এ। চৈশাপাতি থৈশানাম পুরুনো না থাপা কুমতা ই-এ॥ ৩৭॥

—(০) লোইরে (০)—

---

তামলোয়া=মতু লোয়নবী। তুমুংশি=মুংশিজবি মুপি। থংলেন=মপুরোয়বা, মরা। রানুংশি=মুংশিথ্রবা মপুরোয়বা। চারি কুই=মতম কুইনা। রাংঙম=তাইবং। খোংদোনশাংনা=পুন্সি শাংনা। লনশিংলম-এ=সম্মন শিংথি। মুংওনশৈ=নুংশি বারি। রাকমা=ঐন, শৈরেংবা, কবি। শৈতোন লোমখিরে=লোইশিনজরে। ইরাকমাতি=ঐনাদি। ইমায় নোংনেম লাইনা পাংনা=ইমায় আরাং ওন্দুনা। ইমান কৌপা চিঙথংলো=কৌব্রু চিংজাও। পাংপা লমতা=মায়কৈরোমদা।
॥ ৩৭॥